# মপী-মপা

**( A family play )**

---

ইজবা

এম, রামচরণ সিংহ

পাইরিক ফংফম—

স্টুডেণ্টস ষ্টোর, ইম্ফাল।

মমল লুপা ২.৫০

## ৱাহৈ খরদং

প্লে অসি লামাই (১১ চামা তরানিথোই) পানবা লাইরিকনি ; প্লে অসি ষ্টেজ তৌবা তারবদি খুদোংচাবা-চাদবা য়েংলগা অহানবা অঙ্কগী ২শুবা দৃশ্য অমস্তুং অনিশুবা অঙ্কগী ৩ব দৃশ্য লোৎথোক-লোশিন য়াই লোৎথোকপা তারবদি হুপীগী চরিত্রদা "চন্দ্রা" অমস্তুং "হুমিংলৈ" নিপাগী চরিত্রদা "তোনান" গী চরিত্র লোৎথোকপা য়াগনি।

ইতি—

লাইরিক লেংবা

# "মপী-মপা"

---

( লিলাদা চংগদবা মীশকশিং )

নিপা :—সুকুমার··· ··· পাখং, ( এডভোকেট )

প্রকাশ ··· ··· পাখং— ( সহরগী )

ললিত ··· ··· প্রকাশকী মপা ; ( ওইজবতা য়েংবা )।

বিমল ··· ··· ললিতকী মশু— চহি ৯/১০শুবা

তোনান ··· পাখং—( পংতক শুদকপা )

বদে ··· ··· সুকুমারগীদা লৈবা পাখং ( সুকুমারগী ড্রাইভর ) অসিনচিংবা।

নুপী :—বিমলা—লুখ্রাবী মৌ-নহা বিমলগী মমা—

চন্দ্রা—( সহরগী লৈশাবী )

তুমিংলৈ—( মতমগী মৌ-নহা )

কৈন্যা—হন্নুবী মীরা ঙাংবী—

# "মপি-মপা"

---

## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

### যুম (ললিতকী)

থোংগালগী শরুক উরি, থোংগাল রোমদগী য়েংবদা যুমগী মাঙ্গোল অমসুং দাবিগী শরুক উরি, থোংগাল মঙ্গাদা উ পাম্বী অচৌবা অমসু হৌরি; লম্বীদা মীসু চঙ্গৎ হন্দা চৎলি; যুমগী মাঙ্গোলদা চেয়াব অমদা ফম্লদুনা প্রকাশ করিগুম্বা অমা ইতুনা লৈরম্মী; অদুদগী কলম থাদোক্লগা টেবিলদগী শমজেৎ মিংশেল লৌরগা হৌগৎতুনা শম্ না হাৎলি, মতম অসিদা বিমল ফুলদগী কুম্মলগা মাগী লাইরিক থাও অদু টেবিলদা থম্মী; অদুদগী প্রকাশনা ইরম্বা চে অদু লৌখৎতুনা হৈবোই হৈতবোই পারকই—

বিমল—(পাবা) উম্—চান্ন থোইবী চন্দ্রা দেবা………।

(প্রকাশ হন্না য়েংঙকপা—পাখৎতুনা চেনশিল্লকুনা বিমলদগী চে মুল্লগা)

প্রকাশ—মাংলে—মাংলে—। ইমাই পেম্মা—ইমাই পেম্মা

(মী-পোং লৈবরা হায়দুনা ইমুং লোমদা য়েংলুবা)

বিমল—।

বিমল—কাকা—।

প্রকাশ—মতুং মনাও অসিগুম্বা লাইরিক অসি পা-লাক্কনুকো - ।

বিমল—করি তৌই কাকা ?

প্রাকাশ—করিস্থু তৌদে—।

বিমল—অদুগা—।

প্রকাশ—অঙাংনা পাহৈদে—। লাইনা শাওনি - ।

বিমল—অদুদি কাকা—লাইরিক পাববু লাইনা শাওনি হায়রবদি স্কুলগী পাড়া ঔরাইদবা ভারেদো ;

প্রকাশ—নস্তে—নস্তে।

বিমল—পাড়া ঔরাইদ্রবদি ওঝানা পাড়া ফাদে হায়দুনা শোইদনা ফুগনি। অদুনা হয়েংদগী স্কুল কাররোই।

প্রকাশ—নস্তে বিমল। কাকা না হায়গে ভাও—স্কুলগী পাড়াদি . হুমিং খুদিংগী ফাননবা ঔরাইগদবনি নংত্রবদি সরস্বতি লাইরেম্বীনা নমংদা লাক্নুনা নংবু ফুরগদবনি। অদুনা অঙাং নখোইদি স্কুলগী পাড়া নংতনা অতৈ রাচোই লাইরিক পাহৈ-দে হায়বনি।

বিমল—ও! স্কুলগী পাড়া ঔরাইবদি লাইনা শাওরোইদবকো কাকা।

প্রকাশ—উম—।

বিমল—অদুগা কাকা হৌজিক্কি চাম খোইবী চন্দ্রা দেবা কা হায়বদুদি পাহৈদবকো ?

প্রকাশ—হোইনে—।

বিমল—ও!. ( মতম অসিদা বিমলা ইমুংদগী থোরকই )

অহৃদি কাকা, অহ্‌গুম্বা পাহৈদবা লাইরিক অহ্ন শেগাইগ্রগে কদাই ?

প্রকাশ—No. No. মসি শেগাইবসু তৌহৈদে। য়েঙোই, মসে নংগী কাকাগী লুরবা পুরাননি—খংঙবরা ?

বিমলা—নপা নচা করি রারি তৌরিবা ?

প্রকাশ ( চিঠি অহ্ তুংলোমদা লোৎলগা )

এ- ইতৈমা করিসু নংতেদা—।

বিমল—য়েংঙোই ইমা, কাকানা হায়রিবা মানা পাইরিবা লাইরিক অসি অঙাংনা পাহৈদে হায় নে, চুমব্রা ইমা ?

বিমলা—পাহৈদবা করম্বা লাইরিকনোনে ?

প্রকাশ - মানা মচিল থিরিবনি ইতৈমা।

বিমল—ইমা কাকানা মতাৎ তৌরিবনি। লাইরিকতু কাকানা পায়রিবনি। পাগে হায়য়ু—।

প্রকাশ—বিমল—।

বিমলা—( নোক্‌না ) করি লাইরিকনোনে—?

বিমল—ঐবুদি থর পাহৌরে—।

বিমলা—করি ইবগে—রাম সীতাগী রারিরা মহাভারতকী রারিরা ?

প্রকাশ—ইতৈমা করিসু নংতে—মানা পংঙাং ঙাংবনি—।

বিমল—ছি-ই—লাইরিকতুদা—চায়থোইবী চন্দ্রা দেবা কা হায়হুনা ইবহৃদি—?

প্রকাশ—য়েঙ্‌নেশে ;—কয়াদ মচিল থিগ্রবনো ?

বিমল—য়াওবাহৃদিনা—? ইমাবু পাহল্লুদনা।

বিমলা—( নোক্‌না ) করে করে তোকও—। পাত্রবসু খংলে,

নংগী কাকাগী লাইরিক অসি রাম সীতাগী রারি-নি—। চৎলো—নংগী লাইরিক থাওকাশি ইমুংদা থমজিল্লুরো—।

প্রকাশ—ইতৈমা হকচাং ঙমদে হায়বত্থু গুলিকা লৈরকদবা লৈবরা?
ঐ চৎথোক্কদৌরে লৈরকদবা লৈরবদি হায়রো।

বিমলা—থোইদোক্না কন্না ঙমদবা নৎতে লৈরকত্রবস্থু য়াগনি।

প্রকাশ—হকচাংথু ঙমদ্রবদি ফৌ .চংকাথু শুবা থোৎপা তৌরুস্থু।
লৈরবস্থু লৈত্রবস্থু ঐ চেং ভকফমদা তরুবা হোৎনগে।

বিমলা—করিস্থু থল্লুস্থু ইতৈমা করিস্থু তৌদ্রে।

বিমল—ইমা-চাক লাম্মে; করিনো অমতা চাগেবা।

বিমল—ইমা চাক থোংলুরগে। ইথোথোইস্থু চাইথগে হাযরক্লগনি।

বিমল—চাক থোংবা ঙাইবা ?

বিমলা—কয়াম কুইনি হায়বগে?

বিমল—অছুবু করিনো অমত্তা চাগে হাযবনি।
(ললিত ইমুংদগী য়ুবীহিদাকপু অমা পায়ত্থনা হিদাক চিং চিংথনা থোরকই)

প্রকাশ—(ফুরিৎ থাওদগী নয়া পায়শা ১০ লৌথোক্লগা) শে—বিমল
—করিনো অমা লৈত্থনা চারু।

বিমলা—নত্তে ইবুঙো পিরুস্থু তুংদা লমদমনরক্লবনি—। ইতৈমনা ইরুজরগা চফুদা চজিককা লৈবরা য়েংলুগে।

ললিত—ফুটানি তৌরেদা, অঙাংনা চক্রী থর তৌবগীস্থু ফুরিং-থাওদগী শেল হেক লৌথোকপা।

প্রকাশ—বিমলনা চাক লাপ্পে হায়ছুনা নয়া পয়শা ১০ দং করিনো অমা চাজরুশমু হায়ছুনা পিবনি—।

ললিত-বা! নয়া পয়শা ১০ পিববু কয়া কোমনা হায়রি-বনোশে—। থংঙু ঈশিং মরিক মরিক কয়ামরুম পুল্লগা সমুদ্র ওইরিবনি পাওডর মকুপ কয়া পুনশিল্লগা পাওডর কৌটা অমা কারিবনি—নয়া পয়শা অমত্তং রাৎপদা লুপা ১, শাবা য়াদবনি;

প্রকাশ—করিনো—পাবুংনা নয়া পয়শা ১০ গীদমক্তা

ললিত—নয়া পয়শা ১০ অদো ইপাখোইদি ওয়োল্লা পাম্মুনা থনগ্রেদা—। নত্তে নংনা পয়শা পিছুনা অঙাং চক্রী তৌবা মশৌ শংলিবরাও? মাবু ময়াদ অমৃত কোকৃত্রিবা অঙাংলাও? মপূক লাপ্পে হায়রবস্নু মমানা চাক থোংলগা চাব য়াইদনা।

(বিমলানা বিমল পুরগা ইমুংদা চংগে তৌবা)

ঙাইখো—বিমলা—।

বিমলা—করি ভাকপিগদবা?

ললিত—ঙাইখো—ঐনা স্নুম উববু নচানা চক্রী তৌবদা কিননবা ফুদংকেদি হায়ত্রছুনা অঙাং নরাংনবা থেম্বা থোংপদা তৌরিবসি করিগীনো হা? মীওইনা হিংছুনা লৈবগী শিদনবা নোংমগী চরা অনি অনি চারিদনা—। নরল নথুম কয়াম লৈছুনা সিদগী করি হেনবা পিজগে হায়রিবনো? থংঙুনে-নচাশে নিংথৌগী মচা নংত্তে চাকনিবীগী মচা চাকনিবনি

প্রকাশ পাবুং—।

ললিত—নং তুম্মীন লৈয়ু—। নংনা রা ঙাংগদবদি নং নতোমত্তনা

ইমুং অসি পুরবা মতমদা ঙাংগদবনি—। হৌজিক্তি মতুগী ভার অতু ঐনা পুরিবনিনা ঐনা তৌবা থবকতা. ঐ ঙাংবা য়াদ নংনা য়া মচেৎ অমত্তা ঙাংবা য়ারোই। ঐনা ঙাংলিবসি অরেম্বদ ঙাংবা নৎতেনে। ঐদি চাকলেম চাবা মী কয়া থাকপদা কুরোল হুগদোরে মীগী মপোৎ লাকলকদোরে। অহুনা ইমুং অসিদা চাকলেম চাবা মী মথৈদি খোংথাং ৎদিংমক্কি চাকলেম চাবা পুন্জিনী হায়বসি নিংশিংননবা ঙাংলিবনি।

প্রকাশ—পাবুং—

ললিত—ঐগীদি হায়রিবাসিনি—চাকলেম চাবা পুন্জিনী হায়না থংনা হেক্ চৎলক্তবা মুমিৎতা থুদকতুদা মঙকশম লাক্তুনা ইমুং অসিদগী ইনগদবনি।

বিমল—অতুক য়াম্না তাকপিত্রবসু ঐ লোইনা থংজরে। পাবুংগী পুক্নিং থংনা থংনা টপাই লৈতবদগী য়ুম অসিদা থাংলিব-নি—। মরাইবক খিবা অঙাং অসিমা য়াওরমত্রবদি পাবুংনা ঐবু য়ুম সিদগী তাথোকপা ঙাইত্রবসু নহাম্না অয়া অনানা থল্লবা সংসার অসিদগী ঐদি নাম্থোকপা ঙম্মল্লগদবনি।

ললিত—ঐগী পুক্নিং থংলবদি ইমুং অসিগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমসু থংনা চৎলু।

বিমল—ইমুং অসিগী ওইরিবা ফিভম থংনা চৎপা হায়ববু ইমুং অসিদা অচাপোৎ অমত্তং লৈবা উবদা অঙাংনিনা চানিংহুনা ইচা অসিনা মথুৎদোনবী থিন্দুনা চাগে হায়হুনা নিঙাই তৌরবা কাওবদা পাবুংখোইগী পিজ পিথকপা নোংমগী চয়া

অনি চাক-ইনশাং অমদগী হেন্না অথুম অহাও ঙমোক অম ফাওবা ইচানি হায়রুনা পিজ্জিবনি—পিজ্জনিঙাই ঐগী লৈত্র লৈজদে।

ললিত রাঙাং শাঙাং অসিদি—। চাক অমা ইনশাং অমদগী হেন্না নোংমতা য়ৌনা অঙাং অসিবু ঙস্মোক পিজ্জদবা তাহল্লিনেশে ঐবু কয়া ফৎতনা ঙাংথ্রবনো নং লাই য়েংহুনা হায়রু অঙাং অসিগী দমক্তা ঐবু নোংমতা য়ৌনা ঙস্মোক লৈহুনা পুশিল্লকুবরা ?

(কৈনানা চিংবা পাখং অনি লম্বা চৎপদগী থোংগাল ময়াদ চপ্ লেপ্লুনা লোন্না তান্নুনা লৈবা)

বিমলা—পাবুংনা লৈবিদে হায়বদি ঐস্নু হায়জখিবা লৈতে—মমানি হায়হুনা ইচা অসিবু ঐনা নোংমতা য়ৌনা অথুম অহাও ঙস্মোক অমা ফাওবা পিজ্জদে হায়জবতনি।

ললিত—খংঙে ইবেম্মা রা মখা তারম্নু নোংমগী চাক চন্না অনি হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা ওস্মাক্লা মমল য়ামথ্রবনি—অহুনা সিদগীদি ইশান খংনা খংনা ইমুংগী অন্নাৎ অপা য়েংশিনন-রশি।

(বিমলা চংখিবা)

প্রকাশ-করিনো পাবুংগী রা অসিবু-নিপা ওইবা পাবুংগা ঐগ'না নোমৃলিক তৌহুনা চান খক্লবা হাল্লি—। ইমুংগী থবক ইংখাং নোম্বা শুবা নৎতনা নিপী ওইবী ইতৈমবু করি নোম্মুচো করি তান্নুচো হায়রিবনো—?

ললিত করিনো ভূতসিনা ঙাংবশারিবসিবু— নিপীগী থবকপু

ইমুংগী ইনশাংনপি শেম্বা কোনলিক্ রাইরম শেংবা কৌ চেং শুবনা লোইরবরা ? লল্লোন্ পোৎ পুত্থনা কৈথেলদা লল্লোন্ ইতিক তৌগনি পোৎ-চৈ য়োনগনি ইশানবু শুনিং নোমলিংলবদি শুনিংঙাই নোমনিংঙাই য়াম্না লৈগ্রেনা।

প্রকাশ—পাবুংগা ঐগা লৈন-লৈন, শুনিংঙাই নোমনিংঙাই লৈ হায়ত্থনা লুপ্ত্রা ওইরবী অত্থুগীসু মথক্তা নহাসু ওইরিবী ইতৈমা সিবু শেল তাল্লুচো হায়ত্থনা য়ুমগী মপালদা করম্না থাদোক্কনি। মীনা ঐখোইবু করি হায়নগনি। করিনো মীরোল অমত্তা ঙাংদবা সিবু।

(চৎকে তৌবা)

ললিত—এঃ—মীরোল লোনবা ইবুঙো! নহানি লুপ্ত্রানি হায়ত্থনা থবক ইংখাং অমত্তা শুহল্লবমখে নতৈমা শক ফজবী অসিবু লাইশং মন্নুংগী লাইগুম্না লাৎথুনা থম্মসিরানে? নংনা লুন-চান তৌজবী নতৈমা শে নোমদবগী নোমদবা শুদবগী শুদবা করিমত্তা শুহল্লহুসি। ইমুংগী কোললিক ফেংবা রাইরম শেংবা কৌ-চেং শুবা চাক ঈশিং খোংবা পুম্নমক অসে নংত্তোরো। মন্দির অমা শাবিরগা নতৈমাশে লাৎলশি অত্থদগী অয়ুক্কী মুংদাংগী নংনা তরা লুকোই হোরগা হেক লানসিনল্লো ইপান। কাংশিকা য়ৈত্থনা লুক হেক চনশিনগনি। অত্থুম তৌরগদা নংগী নথল্লাই অত্থু পেনুগনি নৎত্রা?

প্রকাশ—অত্থুমক্তি ঐসু হায়দেদনা।

ললিত--অছুদি করিগী ঐনা ঙাংবদা ঐগী চিনথক্তা নংনা খাবৈ খারা শাতুনা ঙাংলি।

প্রকাশ—পাবুং মরাইবক খিরবী ইতৈমাশে লৈখিত্রবা তামোতুনা লোরম্বা ইতৈমানি—পাবুংগী—নমোত্নপিনি। ইতৈমাসিবু পাবুংনা ফনা হুংশিদবা য়ানিংদবা লৈরগম্নু লৈখিত্রবা তামোতুগী য়েংতুনা খর মখেদি খনবিকম খোকপনি।

(খোংগাল রোমদা খোকখিবা—লালিত শাওনা য়েংতুনা লৈ)

ললিত—হাই. বিমল লাও, চাইরি খোংলিবসি খুদোকলো লাও।

(বিমলানা চংঙক্লুনা ফংত-হৌদি খুদোকপা)

(প্রকাশনা খোংগাল রোমদা খোকখিবদা লৈকাইগী—নহা—মুবী খর খংন-চৈনবাতু তাতুনা লৈরম্বা)

নখোই ময়াম অসিদা করি তৌরিবনো?

(পাশ অনি খক্তি করিনো অমা তৌশিন্নতুনা লৈবা)

অসিদা লুমতুনা করি তারিবনো……।

কৈনা—ইবুঙো ঐখোই অম্নম……।

প্রকাশ—(করেম্নতুনা) ইবুঙো ঐখোই অম্নম…! হম্নবী পোকহৌবী মীরা ঙাংবী অসিমা—। মীগী ইমুং মতুংগী খংন চৈনবা ঙাংনবা তারগা নপুক খনবরা? হ—নে ?

কৈনা—হৈমা নহাসিদি রাঙাং জাং অমানিন.।

প্রকাশ—উম্ রাঙাং জাং অমনি। চংপ্রো সিদগী—। অম্নম মতু মনাও ঐগা খেংনবা খোক্রবদি খোনখি তাজনি—চংলো চংলো—।

কৈনা—হৌজিক কালগী নহাসিদি থকশি-খাশি-নাইদেদা—।

(চংখিবা)

প্রকাশ—(পাখং অনিদা) নখোই অনিনা করি তৌরিবা ?
পাখং ১।—ঐখোই মী অমা ঙাইজবনি।
প্রকাশ—নচিলখিনু—। অপৈবা নচিল অহু চুমথোকউরা ?
থৌলৈতবা আরারাগী হৌনবা মীগী ইমুং মহুংগী অহো অকাই য়েংহুনা মতম লেপ্লিবরা ? চৎলে। চৎলো নঃখাইগী মী ঙাইগে হায়রবসু অসিরাইদগী, চৎথোক্লগা ঙাইরু চৎলু ঐখোইগী থোংগাল মপাদা লেপকনু। (পাখং শিংহু করেম করেম্নহুনা লেপ্পুনা লৈবা)
ঐনা ঙাংঙিবসে নখোইদনে। ননা তাব্রাও ? গুন্দানিকা হায়হুনা—মকলাকৃতি তৌরামুক্তা চাওরহুনা নয়াংলেন্গী শরু লুজাও অহু থুদেকউরা—? হা—নে—?
(পাখং অনিহু মুরুম-মুরুম শোন্দুনা চৎখিবা)
বিমলা—বিমল, ইবুঙো।
বিমল—ইমা।
বিমলা—নং চাক লাম্মে হায়বদা চফুদা চজিক থর লৈরম্মে চাররোলাও।
বিমল—অং—ইমা—চাগে—! (মমাগী নাক্তা চৎশিনবা)
ললিত—করি ; হৌজিকপু করিগী চাক চাবনো ? চাকপু চিকেৎ চিকেৎ চাবা হৌনবরা ? কনানা হুনগদৌরিবনো...... ?
বিমলা—অয়াম্বা নৎতে—চজিক চথোম অমত্তনি।
ললিত—অহু ওইরবসু য়াদে। মহাক ঐগা কৈথেলদা চৎকদৌরিবনি। নথিবোং চাননবা হুকালদগী চেং-হরাই লৌরুগদৌরিবনি। (বিমলদা) চৎলু অসিদগী বরা খাও

অসি পায়শিন্নু। বরা খাও অসি পায়শিন্নু—চৎলুনে।

(বিমলনা চংশিন্দুনা খাও পায়বা)

চৎলু মাং খাও।

অঙাং নরাংহনবা শারদনা চাকপু নোংমদা কয়ারক চানি পরপ-পরপ চৎলুনে।

(বিমলনা মাং থাদুনা ললিত থোকখিবা—বিমলা মমিৎতা পিগী ঈরা চেন্দুনা করিমন্তা ঙাংজবা ঙমদনা লৈহৌবা।

---

লাইট ওক

২শুবা উৎপা

# খুল্লকী লম্বী ময়াদা লৈবা টৌটি মখোং

(তুমিংলৈ ফি অশেংবা শেৎতুনা ঈশিং শোকপা লাকই; মতম অসিদা তোমান লাকই)

তোমান—(ডফিং-ডফিং চেনশিল্লকুনা)

হো—ইবেম্মা—ইবেম্মা তুমিংলৈ।

তুমিংলৈ—করি হায়বগে তা তোমান—নংমা লংজা কাক গুম্না কোকতোন্দা লাক্লরিবসিবু?

তোনান—ইবেম্মা অমুক কৌবা ফাওবা য়াদে- হায়া অশাওবা রাহৈনা মাংথারদনা।

তুমিৎলৈ—শাওবগী রা নৎতেনে-শা-লান লাকপদৌনা কৈদৌনা তহা তহারিবনো। হায়নিংবা রাদো ইংনা তপ্না হায়রবা য়াত্রা? করিনো নংনা হায়নিঙিববু?

তোনান—হায়নিংবা রাদি কোংগায়নি- অতুবু ঐনা হায়জববু নংনা য়াবিগদরনে?

তুমিৎলৈ—তা—তোনানবু মীগী ইহনকা সিবু ইথং থংবিদবরা মতম চুপ্পদা নংগী য়াকা অমসুং পূক্লিংতবু য়েংহনা লৈজরিবনি। হাইও—করিরানো?

তোনান—অতুদি নহান মথৈ রাথংদবা তারম্নবজাৎ ওইরে। ঐবু ইবেম্মানা ওম্বোক্লা লুনা চান্না নিংবিরম্লিবা জাৎ ওইরে।

তুমিৎলৈ—নচল ঐদি তা তোনানবু অতোপ্পা ওইনা খনজত্রিবনে পুন্সিগী খনসু খনজরোই।

তোনান—অতুদি উশিং থৌওইদে হায়হনা পুকলৌ পাওরৌবীগনু হায়জরগে।

তুমিৎলৈ—হায়বিরো তাজনিংবনা নাপ খোইরাংলবনে।

তোনান—য়েংঙোই ইবেম্মা······হ······হ······হ······লৈকাইগী ইচল ইচাদা অসিগুম্বা রা হায়বসে ইবু ইকাইদা।

তুমিৎলৈ—করি রানো তা তোনান তা তোনানদি ঐগীদি লৈকাইগী ইবুং ইপরা নৎতরাও? ঐনদি ইকাইত্রগা তা তোনাননা ইকায়রিবা করিগীনো? হাইও ঐনা হায়রু হায়রেদনা।

তোনান- য়েংঙোই নখোইগী মখা থংবদা লৈবী ডাক্তরগী মচানিগী চন্দ্রা অদো হৌজিক ঈশিং শোকপা থোরকহৌদৌরি মহাক্না লাক্লগা ঐগী মরমদা মঙোন্দা রা অমত্তা হায়বিও হায়বনি—(ঙুমিংলৈ নিংবা কায়বা—তনথবা) হায়বিগেরা ইবেম্মা ?

ঙুমিংলৈ—চন্দ্রাদা ?

তোনান—হোইনে ঙুমিংলৈ—।

ঙুমিংলৈ—করি মরমদনো ঐনা মঙোন্দা হায়গদববু ?

তোনান—করি মরমদবু ওইগদগে—অপাম ঙুংশিগী মরমদনিদনা—। হায়বিগেরা—?

ঙুমিংলৈ—অহুবু অরাবা থবকলা হায়গে কৈদৌবগে ? অহু মরোল মরিহু অহুক্তঃ হায়বিরম্মুদনা।

তোনান—মরোল মরি হায়বা— ?

ঙুমিংলৈ—হোইনে রাহৈ—রাতা রাঙাং শাঙাং ভাব-ঙুং অহু তাকপিরম্মু -।

তোনান—এ—নহুগুম্বগী মরমদদি ঐদি উ-দগী--তাবমুক পংগ্রবা জাংনি—নংনা অসুম ফগনি থনবদো শেম-শাহনা হেক্তা হায়জিন্নম্মু। তো-হায়রিবা মক্তদা মহাক য়োৎকএ—কো অমুক্তা হায়বিয়ু-ঐ মচি অসুবাইদা নাথৈছনা লৈগে—কো—ঐ চংলে।

ঙুমিংলৈ—হোই—হোই—ঐনা হায়বা য়াবথৈ হায়জরমগে অহুগা ঐন হেক চংখিবদা তা-তোনান অমুক লাকপিয়ু মথা শথদবিহৌকো।

তোনান—হোবু হৌদোকপিরমলবদি মথা শমথবরী তাংন্তি ঐখোইগী মীনা হায়রিবনি—হোদা হৌদোকপিরম্মু—ঐ চৎলে। (চৎখিবা)

হুমিৎলৈ—চন্দ্রাগী রাখল ওইরেশে—। কৈ—থংগদি মনিং-মমাং ওল্লোকেদো।

(চন্দ্রা য়ায়া কেনা ঈশিং অশেংবা শোকপা লাকই)

চন্দ্রা—ইচে—।

হুমিৎলৈ—ইবেম্মা—। ঈশিং শোকপা লাক্লিবরা?

চন্দ্রা—অং ইচে—। ইচেনু শোক্লম্লিবরা?

হুমিৎলৈ—হোই ইবেম্মা; য়েংঙোই ইবেম্মা চন্দ্রা, ইচে ঙসিদি নঙোন্দা রা অমত্তা শিন্নরমগে।

চন্দ্রা—করি রানো ইচে?

হুমিৎলৈ—নং তা-তোনান থংঙিদনা?

চন্দ্রা—থংঙি—কৈদৌরবগে?

হুমিৎলৈ—নংনা ঈশিংশোক্লিঙৈদা করিগুম্বা মহাক লাকপা খোক্লবদি ইচে হুমিৎলৈগী লাক্লম্মী—চৎথে হায়র্বনা থর তথীয়ু। অতুগা করিগুম্বা মানা রা মথা তায়রুবদি অমুম্বা অমুক হায়খিয়ু—ইচে হুমিৎলৈদি মতম পুম্বদা তা তোনানগী অক শুন্তাই রাখলতা থন্দুনা লৈবীনি হায়না হায়বিয়ু।

চন্দ্রা—হায়রিবসিবু ইচেবু তা তোনানগা……।

হুমিৎলৈ—হোইদে—। কো—কাওজুকো—।

চন্দ্রা—হায়বিগেনে—হায়বিগেনে—।

হুমিৎলৈ—অদুদি ইচে চৎলম্নগে—।

চন্দ্রা—চৎলগে়া—। (চুমিৎলৈ চৎখিবা)
(চন্দ্রা কোল ফেংনা ফেংনা ইশৈ শংই)

ইশৈ—

নংনন্তনা লাকপনে
হৈনম লৈনমনা মুংশিবনে
হুল্লে য়েম্লিং পুম্পি লৈকোল—।
লিরি হুম্বা নামিবা মলয়া
কনাগী নপাও পুরকপনো
পাম্মু নপাও পুরকপরা
তম্বীযুগবা মুজাগী কাদা—।
(ইশৈ লোইরমদাইদা তোনান চংডক্না মোমোন নোক্না মুডাইনা তাই)

তোনান—ইবেম্মা ও কৌজরিএ—।
চন্দ্রা—তা-তোনান ইচে চুমিৎলৈসু লাক্লম্মী চৎখয়েদো।
তোনান—লাক্লমগনি খংজরে ইবেম্মাদা মহাক্না করি হায়রম-
বগে ?
চন্দ্রা—য়াম্না শিয়রম্মী—য়াম্না হায়রম্মী—।
তোনান—হ......হ......হ......হায়রম্বোইরে।
চন্দ্রা—হায়রম্মী ; তৌবদি তা তোনান ইচে চুমিৎলৈ
অসিদি নংগী অক মুডাইদা খনবা মীশক অমনি—।
(মতম অসিদা প্রাকাশ লাকই; চন্দ্রা অমসুং তোনানগী মতৌ অচু মেংচুনা লৈ)
তোনান—তৌববুদি ইবেম্মা চন্দ্রা, চুমিৎলৈগা ঐগাদি ইশা অমত্ত-
অমনি—ঐখীদি মহাক্না হাইরগা লোইরে—।

চন্দ্রা—অহুবুদি মশান তাবনে তা—তোনান—। (প্রকাশ তোনানবু য়ান্না চংলহনবিংবগী মওং উবা)

তোনান—অহু ইবেম্মা, রা মচা অমা অনিদং হায়জরমগে হায়ববু…।

চন্দ্রা—কৈদৌবগে--অমত্তা নংতনা তরাথোক্লা হায়বিরম্মু য়ানিএ--।

তোনান—ইবেম্মা চন্দ্রা, মীগী মপোক্তদি পোকশিল্লরবা কৌবনিনা সংসারগী অরু অহেল অথোই অহেলদি পামজরু—অহুগা ইশানদি ইশক ইতৌ য়াম্না ফজবা—ইরল ইথুম য়াম্না লৈবদি নংত্তবনিনা—রাপ্রবা মপোকনিদা—।

চন্দ্রা—করিনো তা তোনান ফজবনা ময়ামগীনি ন্থংশিবনা ইতোমতগীনি হায়বা কাওরবরা ?

তোনান—মহুবুদি চুম্মী—অহুদা ইবুংগী পুলিসিদি থম্মোইনদি রাংজরু—লাইবক্লদি নেম্মম্বা হায়বহু থোকপ্রেদা—।

প্রকাশ—ভাই, তোনান—(তোনান তাদবা) হাই ভাই তোনান—তারিবরা—?

তোনান—এ—প্রকাশ বাবু—।

প্রকাশ—খাইদা খর চংথোরকউ—রা অমা হায়বিগে—।

(তোনান প্রকাশকী মনাক্তা চংশিল্লকপা)

তোনান—করিনো প্রকাশ বাবু—?

প্রকাশ—ঐনা ওসাই মখে নংগী নওং নতৌ য়েংবদা থংবা ওমলে—মহুদি নং চন্দ্রাবু ন্থংশিজৈ নংত্রা ?

তোনান—অওইবমকনি—তশেংনা ন্থংশিজৈ—।

প্রকাশ—অহুদি রা ভাংবদা রাকোই অমুক তহ্না লৈত্রমমু নংনা হায়নিংবহু দোং-দোং হেক্তা হায়বা য়াদবরা—?

তোনান—ঐনা হন্না হায়নিংশিবনিনে। অহুদা মাই অসি শোনমন্‌থ্রহ্না মাগী রাশিগুম্না হেন্‌মন্‌থ্রহ্না হায়বা ভ্রমদবগী তৌবনিনে।

প্রাকাশ—অহুদি নং চংলো—ঐ নংগী নহং শিন্দুনা হায়বিরম্লগে।

তোনান—হা প্রকাশবাবু—?

প্রকাশ—চুম্না হায়বতা নংতে। নিপা ঐখোইনা হায়বা তারবদি অমুক হায়বনা লোয়রে—ঙসি ঙাংনবা অসিদা চেনবগী হুমিৎ কাওবা লেপ্পরগনবনি।

তোনান—প্রকাশবাবু মহাক ওইরবদি নংনা ঐবু অমুক হন্না পোকপিরবনি—(ফুরিট খাওদগী চুরুট উপু অহাওবা অমা লৌথোক্লগা)

শে মসি কালছোরো—(চুরুট পিবা) ঙসিগী হুমিৎতা অওইবা অমা থংনবা খর তকখাইনবীরম্মো।

প্রকাশ—হোই—হোই চংলো—। নিপা ঐখোইনা ঙাংনবা তারবদি লৈপাকতা খুত্তুমনা শুবনি হায়না লৌ—। চংলো নখোয়গী ইমাদা কমুং কা'খোল আনৌবা লাংননবা হায়রুরো

তোনান—হায়বদি লুহোংবগী—?

প্রাকাশ—হোইনে—চংলোনে—।

তোনান—অহুদি চংলে মঙ্গল ওইসনব ঐমা মুরা লাইনিংথৌ থাগোন্দুনা লৈরুরগে— চংলে (চংকে তৌক্লরগা অমুক হনজিল্লকুনা) ঐবেম্মা চন্দ্রা ইবুং চংচরে—।

চন্দ্র।—কুনি তা তোনান—।

তোনান—প্রকাশ বাবু ঐ চংচরম্লগে—।

প্রকাশ—চৎলো ভাই— ।[তোনান চৎখিবা] চন্দ্রা তোনাননা নঙোন্দা করি হাই— ?

চন্দ্রা—করিসু থোইদোকপা হায়রমদে ইচে সুমিৎলৈগী মরমদা রারি শাবনি— ।

প্রকাশ—নরিল চুম্মু—কারল চৎকসুদা— ।

চন্দ্রা—অওইবনে— ।

প্রকাশ—অহুনা মানা নংগী রাখলদা ঙাংহুনা চৎখ্রিবা।

চন্দ্রা—হাইমা নোকচনিংঙেদা— । সুমিৎলৈগী রা ওইরবোই নিঙুরে—মাগুম্বানসু ঐগী আশাকা তৌজরিবোইরে সুংবু সুংশিনে— ।

প্রকাশ—। করিনো চন্দ্রা নংসু ঐসু মী থুদিংমক আশাগী মাপালনা হিংলিবনিদা।

চন্দ্রা—খিৎ তুম্বীনা লৈরো—রারেম থৌরেম অদো।

প্রকাশ—করেনে—; অহুগা নংনা ঐগী চিঠিগী পাওথুম হন্নকখ্রিবনা কৌদোরবা ?

চন্দ্রা—মহুনা করিবু কানগদগে ?

প্রকাশ—করি, লরাইগী শম কেনবা মথৈ-কোকচিকপা মথৈ-হাগুা অমা চংনা রাখল খন্দুনা ইখিবা চিঠী অহুবু করিসু মমল লৈতনা হায়রিবা।

চন্দ্রা—নিপানিনা মতম মাংবা ঙম্বা, ঐখোইদি মতম শংজদেএ !

প্রকাশ—অহু ওইরগা করেনে—ঙসি উনরিঙেসিদা অরেপ্পা অমা হায়রম্মো— ।

চন্দ্রা—করিনো নংহৌরোইদবগী মতাগুম গ্রী—গ্রী তকশিন্নরিবসিবু !

প্রাকাশ—তকশিনবগী রা নত্তে। ওাইবদা রারছনা ভৌবনি। হায়রো - অরেপ্পা অমা হায়রো—।

চন্দ্রা—করি অরেপ্পনো ?

প্রকাশ—করম্বা হুমিং থাদা শকয়েং মীশেন য়েংবগুম য়েংজবা কংজগদগে ?

চন্দ্রা – মতৃগী রারা— ? হায়য়ুরা শাওরোইদরা ?

প্রকাশ—ওাইঙমত্রবা হুংশি পাওথুম কংবদা ঐনা শাওগদবগী মরম করিনো— ?

চন্দ্রা—নখোইগী পাবুংনা লৈত্রবা মতমদা।

প্রকাশ—করি—?

চন্দ্রা – অওইবনে নখোইগী পাবুং লৈরিবা মখৈদি ঐনা নখোইদা লাকপদি মংদন্থ থল্লুগন্থ।

প্রকাশ – পাবুংনা নঙোন্দা চিক্লগদরা ?

চন্দ্রা—উম—নখোইগী পাবুংদি মচা-মমোদা য়াম্না চিকই-খোংলি হায়। মীনা হায়নরিবা নখোইগী তামো লৈভঙেদগী নখোইগী পাবুংনা নতৈমা বিমলাবু ওহোক্লা থিনা থিনা লৈবীশরে হায়—অছনা নংবু হুংশিয়বন্থ নখোইগী পাবুংগী থল্লুবদা নখোইদা ঐ সুকলাক লাকচনিংদে।

প্রকাশ – নংগী রাসিদি নংগীদমক্তা ইপা শিবা লাইথুরম্বা তারেনে।

চন্দ্রা—নংগী রা থংদে। ঐগীদি পুক্লিংদা লৈবতা হায়রিবনি।

প্রকাশ—মাতুগী রা ওইরবদি ফংথিত্রবা ইপা অসে অনিজ্ঞনা সংসারসিদা লৈতে অতুগা নংগুম্বী নিপীদি অমা ফংত্রবসু তরারক্ত হোংবা য়াই।

চন্দ্রা—হোই—হোই।

প্রকাশ—চন্দ্রা, অতুক য়াম্নদি চাওথোকনু। রাতোপনা রাংলগা কাকনা ফমদেকই হায়বা রালৈবনি। (চৎখিবা)

---

## ল্যাইট ওক

### তবা উৎপা

যুম—(ললিতকী)

—মাঙোল—

(বিমলা মশা ঙমদ ঙমদনা ইনপাংনাপি মন্দুনা লৈরম্মী; মতম অসিদা চাকনিবা অমা ইশৈ শকুনা চংলকই)

ইশৈ—

চাকনিবা—ইবেম্মা, ওরাংদগী করিমত্তা চাবা ফংওক্তুরে চেংখুয়া অমত্তা হাপ্পিয়ুবা—!

বিমলা—লৈরমথো বাবা—! (ইমুংদা চংখিবা)

(মতম অসিদা ললিত চংলকই)

ললিত—করিনো তৌরিবসিদি—মাঙোলদা ইনপাংনাপি চাইথোক-তুনা থম্নগা নিপীদ্রদ্র কদাইদা চৎপ্রবা ওয়োরুপা—অরুকী

অমা ইমৌ ওইনা হেক লৈরদনা।

(বিমলা চেং মেরুক অমদা চেং খর পুরহনা থোরকই চাকনিবদা চেং হাপকে তৌবদা ললিতনা পরপ পরপ চংশিল্লকনা মেরুক অহু মুনবা)

হি-ইশ দান তৌবা হৈবীরেদা—। (মেরুকতা য়েংলগা মথবাক য়েহনা)

কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! চাক চারা অমানিশে। মথুৎনদি শু নোমহনা তানত্রবনিনা সুঙাইবনা অরাবা খংদে হায়বহু তৌরেনেশে লম্বাদা হিং তাংবগুম শেল লৈরবসু চেং ফংত্রবা মতম সিদা ভিক্ষানি হায়হনসু কৈদৌনবা চেং হাপ্লিবনো? ভিক্ষা হায়বসিদি ঐখোইগী লৈজবদো হাপকদবনি; চৎলু হংগাম অসি মকা অমা হাপখো।

বিমলা—ভিক্ষানিবশে ঙরাংদগী করিমত্তা চাবা ফংঙরুরে হায়।

ললিত—নখোই ঐখোইদি য়াম্না রাৎতপাদনা চারবনিনা মীগী অরাবা খংবিগ্রেদা! মীগী অরাবা উত্রিডৈদা ইশাগী অরাবা হান্না খল্লুনে। রা মথা তাগন্থু। চরা হেনগে হেনজ্রশন্থু শিগে শিজ্রশন্থু ঐখোইনা ঙমজবা হংগাম মকা অমা হাপ্ল—চৎলু। খবরদার, মতুং মনাও অসিদি ঐগী রা তাদনা কনা চাকনিবা ভিক্ষা নিবা ওইহনসু চেং মরু অমত্তং চেংফুদগী লোখোরুবা নথুং অহু থুদেরুদবনি। (হংগাম মকা লোরগা চাকনিবদা) শে—শে নিপা অসি পুখো—মপুক খম্নবা মসিনা চমফুৎলা করিনো ফুৎহনা চারু অহুগা মতুংদদি খংজিনখো—ইমুং অসে নঙোম্বগী হেম্না নংবা ইমুংনি—। চৎলো—চৎলো—।

চাকনিবা—থর কংজরিবসিমা ঐগী অগোনবনি—ঈশ্বরনা থৌজাল-
বীশনু—। চংলগে—ইবেম্মা—।

বিমলা—চংলো বাবা—। (চাকনিবা ইশৈ শক্তুনা চংখিবা)

ললিত—(মণাল রোমদা য়েংলুরগা) মাঙে—মাঙে—য়োং চল্লালগী মচাসিনা ভৌরিবসে—।

[ললিত মণাল রোমদা ফিংনা থোকখিবাঃ বিমলা করিনো হায়নুনা পাখৎনুনা য়েংবা]

বিমল—[মণালদা কপ্পুনা] লৈ লাম্বদগী শোইখি-নি—ইথৌ—।

ললিত—[মণালদা] শোইখরে হায়রগা হেক্তা য়াবরনে ? হানে—।

(ললিতনা বিমলবু মঙকণম লাক্তুনা ইল্লকপদা বিমল উপ্রাকৃনা ভুবা ললিতকী মখুৎতা বাশ শাক্তে অমা পাইয়কই; বিমলানা হোৎচিল্লুনা মচাবু কোনখৎলগা)

বিমলা—কৈদৌরুরে ইবুংঙো ?

বিমল—(কপ্পুনা) ইথৌগী লাই থুরম্নবা লৈ হেকপদা লৈ লাম্বদা মশা থর তেকৃখরে—অহুদগী ফুরিবা চৈরিবা—।

ললিত—ছি—আ—। করি !

(বিমলগী মখুদাং পায়নুনা চিংখৎলগা) নংবু ঐনা লৈ হেকপিয়ু হায়জম্নবরা হা—নে—। পিশক পিন্না মরাল কুন্নবা মী পংকনুনা বা ভাংবহৈবা শারদনা—। নথৌ লৈভনা লৈ হেকপিরম্নিবরা ? [চৈজা অমুকনু কনবা]

বিমলা—ঐনা হেকউ হায়রুরে—। তোকপিরো— ।

ললিত—অয়বা কংখ্রোই কাংলবোই লায়রবদি লৈ কশা তেকনি হায়বদি য়াখল তৌজা ? নখিবোং অহু-কনাইদা চারিবনো

—হা—নে ? [বিমলবু চৈনা হন্না হন্না কনবা] হায়মু—হয়েং মথৈ লৈথোংদা চংখিগদ্রা ?

বিমল—[কপ্ত্না] চংঙরোই—। [প্রকাশ চংলকই]

প্রকাশ—কৈদৌরবগে—?

বিমলা—অঙাংনিনা খংদহুনা তৌরুরে। হয়েং মথৈ চংহনজররোই—তোকপিরো।

ললিত—য়েংঙ্নেশে মচা অসি খজিক্তং ফুবদা মহাক্না হাকল চংহনা ঙাংঙকলিবসে—। ইবেম্মা নচাকে শিননবা ফুবা নংত্তে—। চাইরেন চক্ষুবু কায়ননবা থৈবরা হায়বা ইপা ইপুগী রা লৈবনি—। ওকশঙ্থু শিংশঙ্থু হায়হুনা নচাবু ফুবসি নং য়েংবা ঙমদেনে নংত্রা—? ঙমত্রবদি ফুবা তারে—লমহেনবা অঙাংদি চৈনা রারকলবনি। (চৈনা অমুক হন্না বিমলবু ফুবা, বিমল কপ্পা)

বিমলা—। [কপ্ত্না] মমাগী মমাংদা মচাবু ফুবদা উনা উনা মমা ঐনা খাংহনা য়েংহনা লৈবহ্ উরগা ঐগী খল্লোই অসি কয়াগী মতিক কনবগে হায়বহ্ য়েংবিনিংলবদি ফুবীয়ু শিননবা ফুবিয়ু।

ললিত—কিজরেদা সত্য। শে—নচাশে—। [বিমলবু ফুরগা ইনশিল্লকপা] নচা ফুবা য়েংবা ঙমত্রবদি নচা রারকউ। মতুং মনাও লৈ মশা থুদেক্লবদি মনম তংননবা ফুগদবনি—।

প্রকাশ—(বিমলবু মশা মউ রানবীরগা)

পাবুং, লৈ মশা অমা অদি থুমেকপগীদমক্তা অঙাংবু অমুক খিনা ফুরিবা অসিমু……।

ললিত—নহাক ঐনা তোবা থবক্তা য়া ঙাংঙহ্ হায়বসি য়ায়রোই-দয়া— ? অঙাংনি হায়রূনা অঙাংনা যুম মৈ থাবা অহুম্মক য়েংহুনা লৈয়শিরনে— ? (বিমলা চংখিবা)

প্রকাশ—মহুম ক্তি নংতেদনা ·।

ললিত—নংত্রবস্ অঙা'না ননহেনয়া মখুং য়াওবা মুকয়া য়াদে।

প্রকাশ—পাবুং, ঙসি ইশম শম্ব য়া অমা হায়জগে—বিমল—অসে তামোনা পোক্লম্বনি—। পাবুংগী ঈনি—। লৈখিত্রবা তামো অসো পাবুংনা হেক পোকপ। নচা নংতে হায়হুনা ইতৈমা অমসুং অঙাং অসিবু পাবুংনা অহু য়োনা মীরাই-বিরিব। হুং শবীত্রিবা নংত্রদো ?

ললিত—প্রকাশ—!

প্রকাশ—ঈশ্বর য়েংহুনা হায়রবদা ঙসি বিমল অসি ঐনা হেক পোকপা ইচা ওইরম্লবদি পাবুংনা অসি য়োনা মীরাই-বীরমগত্রা— ? অহল অহুক ওইরবদা করিগী অহু য়োনা অচান মীরান খায়রিবনো ? যুমগী অহল অমা ওইবগী পুকচেল চেনবীয়ু। লাও—বিমল—ইমুংদা চংঙশি।
(বিমল পুহুনা চংখিবা)

---

## লাইট ওফ

### ৪ঙবা ভংশা

ভূরেন তোব্বান—

উপাম্বী অচোবা অমা হৌরি; মতমদি হুমিদাংব্রাইনি বিমলা

বিমলা উপাম্বী মখোংদা ফম্নহুনা রাখল তৌহুনা লৈরম্মী;

ইশৈ – [ওকতগী]

করিগী কপলি শোল্লবা থম্মোই
করিগী রারি পংলবা পুক্লিং।
রানা পোকপা মীওই মপোকনি
কাওবরনে হে পংলবা মীওইবা।
অরা অনাবু ঈশ্বরগী থুৎশেম্নি
য়াইক কুণ্ডাইস্নু মহাক্কী থৌজালনি।
ঙসি কপ'লবা নহাক অসে
হয়েং নোক্কনি খংবা ঙম্বরা ?
উদবা খুজিংগী লাইয়ুমদা
শিল্লবনি মানা লোন্না লোন্না।

(ইশৈ লোইরকপদা সুকুমার চংলকই)

সুকুমার – ( বিমলাগী মনাক্তা চংশিল্লগা ) ইবেম্মা নহাকপু কনানো – ? (বিমলা তাদে) ইবেম্মা নংবু তারিবরা – ? (বিমলা হন্না য়েংথোরকই; বা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে) নত্তে ইবেম্মা নপাং কন, য়াওদনা চিক্লবা লমহাং অসিদা করি রাখল থল্লিবনো — ? (বিমলা খুমদে-অবাবা নিংবা কাইবা মিৎয়েংনা য়েংদম য়েংঙি) হুমিৎ অসি মযুম চংখরে খেংজল্লক্লে যুমদা হল্লো – ।

বিমলা—হুমিৎ তাথ্রবা— ! (হোৌগৎলগা চংকে তৌই)

সুকুমার ইবেম্মা মিৎকুপমুক্তা ঙাইবিথো স্বপ্নগী রা অমতং হংজহোগে – । [বিমলা চপ লেপ্পী] করি লৈকাইদা লৈবীবনো মিংনা করি কৌবীবগে— ?

বিমলা—ঐগী পরিচয় খংলগা অদোমগী করি কান্নগদ্নি ?

সুকুমার—ইশাগী কান্নবা থিহ্না ইবেম্মগী পরিচয় হংজবা নৎতে। ঐনা অসুম উজবদা নহাক অসি অন্নাবা ফিভমদা তারবী মীশক অমা ওইনা উই। ঐবু লাল্লা লৌবিগন্নু—থম্মোই শেংনা হায়জবনি—ঐগী ইতেংনা কান্নগদবা ৈরবদি ভমজবা ইতেং পাংজগে। হায়বীয়ু ইবেম্মগী করি অবাবা করি ননিং থুংদবা লৈবগে ?

বিমলা—ঐগী অন্নাবা অমদি নিংবা থুংদব অসি অদোমদা লিরগা করি কান্নগনি—। ইমুং মনুংগী শাগৈ-নাতৈ মরি-মতা ফাওবনা সুংশিবীদ্রবা—ঐ অসিবু অতোপ্পা কনানা সুংশিবীগনি। থাজদে অদোমনা ঐগী অন্নাবা ইতেং পাং-বিগনি হায়বসি--।

সুকুমার—ইবেম্মা, সংসার অসিদা অন্নাবতনা অন্নাবা মশক থংবনি—সুভাইবা মীদি মীগী মীন্নুংশি থংদবনি—। ঐ অসে পিন্ন অহন-লমন কায়নহ্না অন্নাবগী তম্পাক্তা চাওরক্লবা মীশক অমনি—। অহ্না মীগী অবাবা উবদা ঐনা ল্লাদবা ভমদে। ইবেম্মগী অন্নাব নিংবা থুংদব মাইথোং অহ্ উবদা থম্মোই অসে ওম্বোক্লা সুভাইখিদ্রে—অহ্না অন্নাবা অহ্ শরুক থরদৎ য়াজগে হায়হ্না ভৌবনি। শেংনা ইবেম্মগী অন্নাবদো ঐঙোন্দা তম্বীয়ু—।

বিমলা—অদোমগী নওং নতৌ উবদা অমদি ল্লাঙাং শাঙাং তাবদা ঐগী ইতেং পাংবিবা ভমগনি হায়বসি ঐনা থাজবা ভম্মী। অহুবু ঐগী অশেংবা পরিচয় খংলবদি ইতেং পাংবদি

লায়রদমা রা মখা অমুক তাদমা অদোম শোইদনা চৎ-খিগনি—।

সুকুমার—রাখল অদো য়াম্না লানখরে—। ঐগী ইভেং দোবদা অদোমদা অকায়বা লৈত্রবা ঈশ্বর পন্দুন। হান্নজরি ইবেম্মনা হায়বা খুদিংমক্কা চিংনবা লৈতনা মতেং শোইদনা পাং-জগনি।

বিমলা—অত্থুদি তাবিরো—ঐ অসি মপাং কায়নরবা চেক্লাগা পাংথক ওইরবীনি।

সুকুমার - হায়বদি—।

বিমলা—হায়বদি রারবা পুন্সিসিদা নৌনা ইপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক কংলবী লুখ্রাবী অমনি -।

সুকুমার—ও! [মতম অসিদা কন্যা লাকই] মিংবু ক'র··· ··· ··· ?

কৈন্যা—বিমলা,—নুমিৎ তারমদাইসিদা তোর্বান ময়াসিদা হকচিক্ লাংলিবরা ?

বিমলা:—(খুক্ষম খংদনা) অ—ইনে

কৈন্যা—হন্নাচাবা মতমনিদনা—। হকচাংসুকনি--। (চৎখিবা)

সুকুমার—হৌজিকপু ইপামদা··· ··· ··· ?

বিমলা—ইপুরোইবগী য়ুম অত্থু নৎতনা ঐগী অতোপ্পা চংনিঙ্গাই লৈত্রবী য়াম্ন লাইবকখিরবী অমনি।

সুকুমার—করে, হৌজিক ইবেম্মগী করি অৱাবা—করি ননিং থুংদবনো।

বিমলা—করি অমুক হায়গনি—অৱাবতনা ফিজেৎ ওইরবীনি। ইপুরোইবা লৈখিদবা নুমিৎ অত্থুদগী হৌরকুনা য়ুম অত্থুদা

মতমচুপ্পদা ইমিংতগী ইপি তাবনা ইশরুক ওইরি।

সুকুমার -মন্থ করিগীনো— ?

বিমলা -শেল মনা অমত্তা খোক্ক্‌গ -চাকলেম চাবা পুম্বিবু কনানা থু'শিবীগনি। অত্থনা পোংথাকম লৈত্রবা পুম্বিসিদা মরক মরক্তা অমুকসু থল্লকই স সার অরা অন খুদোংথিবা পুম্নমক অসি লামখোক্লশিরা হায়না।

সুকুমার -নত্তে -নত্তে পুম্বি হায়বসিদি ঈশিং ইচাওগুম্বনি অরা-অনা খুদোংথিবা থর নংবগী মক্তা অত্থুম্বা অরোইবা থাককী রাখল থনব হোনদে।

বিমলা -মন্থ নংতনদি ঐগী শান্তি লৈবরোই।

সুকুমার—শান্তি হায়বত্থদি নোংমদি শোইদনা কংগনি। নোংমা নংত্রগা নোংমদি শোদনা শিরগদবা মীওইবগী পুম্বিসিদা শিববু ভাইভমদবা গৌনদে।

বিমলা—শোইদনা শিরগদবা মীওইবগী পুম্বিসিদা অমুক রানা হিংথুনা লৈরুবগী করি মমল লৈরি।

(মতম অসিদা বিমল পরপ-পরপ চেল্লকই)

বিমল—ইমা—! ইমা—!

সুকুমার—অভাং অসি - ?

বিমলা—মানি—ঐগী ইচানি। মহাক অসিমা য়াওবদগী মহাক অসিনা থৌরি ওইনা পুন্দুনা থম্বদগী নিংভকপা পুম্নমক্তা পাংথোকপা ভমত্রবনি— নংত্রবদি নহাম্না -।

বিমল—ইমা ইথোনা য়াম্না চৈহৌরে।

বিমলা -চৎলশি -। (চৎকে তৌবা)

সুকুমার—অমুক্তা ঙাইবিখো—। য়ারি য়াতাইদি কয়ামরুম শারে অহুবু ইবেম্বানা ঐগী পরিচয়দি হংবিত্রি—ঐবুদি শক খংবিবয়া—?

বিমলা—খংজদে—।

সুকুমার—ঐহাক এদভোকেত সুকুমার হায়বহুনি—।

বিমলা—ও! মিংদি তাজয়ে—।

সুকুমর—(বেগতগী খাউ অমা লৌথোক্লগা ঐবু উনবিনিংবা থোক্লবদি ঠীকানা অসিদা ঐবু খিবীয়কউ—। (কার্ড অহু বিমলাদা পিবা)

বিমলা—ফনি—।

সুকুমার—ইবেম্মনা লাইরিক লাইগু মিংতা খর উবিহৌরবদি শেলথুম থোক্লবা লম্বীসু ঐনা শিনজবা ঙম্‌গনি—।

বিমলা—ঐহাক ম্যাট্রিকমক্তি পাশ তৌজহৌদে—। অহুবু টাইপ রাইটরদি পায়বা ঙমজে—।

সুকুমার—মহুবু ওইরবদি ঐগীদসু শেল থোকপা য়াবা লম্বী লৈগনি।

বিমলা—হোই, ঐগী লাইবক ফবনি—। অহুবু ঐ অমুক্তা খনজরুখিগে।

সুকুমার—ফনি—।

বিমলা—(বিমলদা) চৎলশি ইবুঙো—। (সুকুমারদা) চৎচরে—।

সুকুমার—ফনি—। (বিমলা—বিমল চৎখিবা ; সুকুমার য়েংহুনা লৈহৌই)

---

লাইট ওফ

## ৫বা উৎপা

### য়ুম—(ললিতকী)

—মাঙ্গোল—

(ললিত ফি-ফি কামদুনা শাওদুনা ইমুংদগী থোরকই—প্রকাশসু ইম্নরকই)

ললিত—হি-হিশ—মানা শেল কয়াম থোক্কদোরদনা থবক চৎলিবনি হায়দুনা য়ুমগী মথাদা লৈত্রিবা।

প্রকাশ—শেল য়াম্না থোকপা থোক্তবগী রানা অতোপ্পা রাকম অমনি—। ইতৈমান ঙমজবা থরদং থোক্লনবা নোম্বা শুবা চৎপসিদা করি অকাইবা লৈবগে?

ললিত—করিগী অকাইবা লৈতনি—। মহাক্না থোকলিবা শেল অদুনা মীনাই মীশন থম্ব ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈতে-ইমুংগী থবক ইংথাং শুগদবা হুপী মহাক্না য়ুমগী মথাদা লৈত্রবদা করম্না য়ুম পানগদোরিবনো?

প্রকাশ—পাবুংনা ঙাংনিংবতা ঙাংবা মনিং মমাং ককপা রাঙাং অসি তৌবীগনু—। নোমদে শুদে হায়রুনসু ইতৈমা অসিবু য়ুমগী মথাদা লৈবা ঙমদনবা পংঙাংদা ঙাংবা—নোম্বা শুবা চৎলমসু য়ুমগী মথাদা লৈতে হায়দুনা পোরোক শোনবগুম্না পংচৈদা চৈবীখা—পাবুংগা তিন্নবা লৈমীন্নগদবসি ফনা 'লুবা অমনি।

ললিত—লৈমীন্নবা লুরগা চৎখিরো হায়য়ুনে—।

প্রকাশ—মহুসু হেক হায়বীদুনে। ইতৈমাসিনা অসিদগী চৎপ্রগা মাগী লৈফম কদাইদনো—?

ললিত—অত্তদি ঐ য়ানবা চংপা ভারেদনা— ?

প্রকাশ—কাল্লে ফুরে-কান্দ্রে ফুরে হায়বগী ক্ষিভমদা অকা-অকুম চাবা পাবুংবু য়াম্নবা চংকদবা মী অসি পৃথিবীদা থর তাংগনি ।

ললিত—অং-তাংগনি . . নিপী ওইবীগী মোম্বা শুবা হৌনবা নোংমগী মন্নুংদা পুং ১/২ কাইথোক্কনা নোমগনি অদি অদুদি নত্তনা শেল তাল্লিবনি হায়দুনা চাকঙন চাইনা চংগ্রগা হুমিং ভারমদায়দা হল্লকপসিবু কনানা য়ানিংগদৌরিবনো ? ঐদি রা কয়া ভা'নিংদে—নতৈমশে নং হায়রিবিয়ু মহক্না অসুম্না শেল তানবগী মওংদা চংথগনি হায়রবদি মচাগা মাগা তোঙান চারো হায়য়ু— ।

(মতম অসিদা পাখং অমনা বিমলবু মনা পায়দুনা চিংদুনা পুশিল্লকপা)

পাখং - থুড়াইবুঙো, নঙশে রারকউ—নত্রবদি চৈ য়াম্না চাবা তারে— ।

প্রকাশ—মহাক্না কৈদৌরম্নবগে— ?

পাখং—অভৈগী নত্তে—মহাক্না ইংখোলদগী থবী হুরাম্দুনা চারম্মী ।

প্রকাশ চুম্বরা বিমল— ?

(মতম অসিদা বিমলা ইমুংদগী থোরকই)

বিমলা—কৈদৌরবগে— ?

ললিত—করি ওইনি ইবেম্মা - নচা শক ফজবা অসিনা মীগী থবী হুরাম্দুনা চারম্মেনে । অভাং নম্নাংহল্লু তারকখিগনি অসিগুম্বা নাকোং রাইচিনবা অথুম্বা মীরাশিং অসি ।

বিমলা—(চংশিল্লগা) চুম্বরা. য়োংগী মচা—(বিমলবু ফুবা) করিগী নথিবোং অছক লাওরিবনো ?

বিমল—(কণ্ঠ্না) ঐদি হুরান্দেনে।
বিমলা করি—(ফুগে তৌবা)
প্রকাশ—ইতৈমা তোকপিরো। বিমল, কাকাদা শেংনা হায়যু হায়রিবসি চুম্ববা নং মীগী থবী হুরাল্লুবরা?
বিমল—ঐদি হুরান্দেনে কাকা।
পাখং—কয়া মচিল থিগ্রবনো।
প্রকাশ অমুক্তা ঙায়বিখো। (বিমলদা) অহুগা নংনা কদায়দগী করম তৌন' চারুরিবা?
ললিত - চারমগনি চারমগনি। হায়দোঃকপদা মতিক চাই। চাদনবু মীনা চাই হায়বা য়াবা হৌনদে।
বিমল—ঐনা অসুম লমজাওদা শান্নরিঙৈদা যহুখোই গোপাল খোংনা চাও হায়হুনা পিরম্বনি—অহুদা ঐসু চাবনি। কাকা ঐদি থবীদি হুরাল্লুদে।
প্রকাশ - বাবু, অঙাংশিনা হায়বসু তাবিরে। মহাক্না তশেংনা হুরাম্লুনা চারমদবসু য়াই। মমান্নবশিংনা পিজরম্বনি হায়বসু অচুম্বা ওইরমগনি। রারৌবিগসু হনবিরো।
পাখং—করিবুদি তৌগদগে অতৈনা চুরানবা ওইরম্নবসু মথুক্তা মাল ফংবা হায়বহু খোক্লবনিনা রারকপিয়ু হায়হুনা পুজরকপনি।
প্রকাশ—হোয় তাকপিরিবহু য়াম্না চুম্বা রানি।
পাখং—মখোয়না চানিংলবসু মঙা অমা তরা অমা হেক্তুনা চাগ্রবসু করিসু হায়রোয়দৌবনি কনানবু মরি-মরাং লোয়না কোয়দংলম্মে—অহুদা শাওনিংহুনা তৌবনি।

প্রকাশ – য়াম্না চুম্বী বাবু মথোংচাঙবা হায়রবছুনি।

ললিত – ইবুঙো হল্লো মতুং তৌরবদি মথোং মথুং থুদেক্তনা থাবিরকউ – থুড়া কল্লিমত্তা শাওয়োই হল্লে হল্লো।

পাখং—ফনি চৎচরে। (চৎখিবা)

প্রকাশ—বিমল, কাকানা হেব-.হক হায়বদো খংলেদনা। ওক্তবা লমহেনবা নমান্নবা তিন্নগনু হায়বদো সঙ্গী দোষতগী মীন থীনা ভাংবা তারেদো। ইতৈমাসে পুন্সিনল্লীখরো (চৎখিবা)

বিমলা —ঐন নংবু লমজাও থোকনু ওক্তবা মী তিন্নগনু হায়রা ? করি থোক্লে– মীরা তানবা পোকপ —লাও ইমুংদা। মতুং-মনাও অসুম্বা তাহল্লবদি নথোং থুদেক্কদবনি, লাও ইমুং চংঙকউ লাও। (বিমলবু পুন্থনা ইমুংদা চংখিবা)

ললিত– হাই. তারিববা.চ' কপ অমা থক্লে (মতম অসিদা কৈন্যা চংলকই) ইবেম্মা কৈন্যা করি থবক্কী— ?

কৈন্যা – তাইবুঙে' অসুম উননিংথুনা লাকচবনি।

ললিত ফিদাক্তদা ফম্মু – ।

কৈন্যা—ফনি। মোড়া অমদা ফম্বা।

ললিত করি থবক্কীগোনে – ?

কৈন্যা – অতৈ অরুবা থবক্কী নংচদে। তাইবুঙোগী ইমুং মতুংগী মরমদা মীনা শোরী পাপ্পী পংঙাং ভাংনরে অতুদা থরাই লুংঙাইতথুনা রারি রাতাই চুম্না তৌনিংথুনা লাকচবনি।

ললিত —কনানা করি হায়নরবগেনে ইবেম্মা।

কৈন্যা—তাইবুঙোগী নমৌ ইবেম্মবু য়ুমদা লৈবরা ?

ললিত—ইমুংদা লৈ-মহাকপু কৈদোরবগে ?

কৈন্যা—করিমত্তা খংবীদ্রীবোইরে। অনি তিল্লে রারি না অহুম তিল্লে—পাউদম্না লৈপাক রা-রা লাওরবসিবো—।

ললিত—করিনোনে হায়রীবসীবো - ?

কৈন্যা—নমৌ ইবেম্মসিনা তাইবুঙোগী মাইদা অমুব কালি তৈহল্লে।

ললিত—অমুবু ইবেম্মা কৈন্যা, মহাক্না করি তৌরম্বগে হেক্তা হায়য়ু।

কৈন্যা—মুপ্রাসু ওইরবী মচাসু চেন্নবী মহাক্না অতোপ্পা নিপা অমগা......।

ললিন—করি হায়বা ?

কৈন্যা—অচুম্বনি তাইবুঙে-মহাক্তি উকিল সুকুমারগা।

ললিত—বিষ্ণু ! বিষ্ণু ! তাবদ তু চুংলবা পাপকী মশক ওইরবা রাক্মনি।

কৈন্যা—তাইবুঙো নমৌ অসিনা থবক চৎলিবনি হায়রুনা চাকঙন চাহুনা হুমিৎ খুদিংগী চৎলিকসে অতৈদা নত্তেএ হায়রীবা সুকুমার উকিলগী ময়ুমদনে—।

ললিত—এ ইবুং হৌজিক্ত ভাব তারে, ঐসু থল্লম্লিবনি ম্যাট্রিক কাওবা পাস তৌদবা মহাক্না উকিলগী ময়ুমদবু করি থবকপু তৌরিবনো হায়রুনা—মাদি অসিগুম্বা ইরাংনা কিজেৎ ওইদুনা শেল তানবা চৎলম্লীবোইরে।

কৈন্দ্রা—ম্যাট্রিক পাস তৌত্রবসু বি-এ-গা চপ মান্নানা মগুণ চেনবী নমৌ ইবেম্মানি।

ললিত। করি—?

কৈন্দ্রা—হায়বদি নমৌ ইবেম্মদি শক কজরি—নহা ওইরি, শেননা তান্নবা মতমনে!

ললিত ইবুং লোইনা খংলে। মহাক্না ঐখোই পুন্নমকপু লুকক্কাইদা হাপ্তনা য়োল্লবা।

কৈন্দ্রা মাগী ইরাং অসি ঐনা উবা থা ১।২ কারব ন। নমৌনা উকিলগী মযুমদা থবক শুবা চৎত্রিডৈঙ্গী মমাংদসু নোংমা সু-দাংরাই অচিকপা তোৰ্ব্বানদা হায়রিবা উকিল সুকুমারগা নমৌ ইবেম্মসিগা চিকথন রারি রাতাই শাবসু ইমিৎমক্না উত্রবনি।

ললিত—উম।

কৈন্দ্রা—ভাইবুঙো, নমৌ ইবেম্মা শককজবী অসিনা অসিদা অশুম লৈরবদি মি·চৎথিবসি নোংমা নোংমগী অসুম হেনগৎলকপা তারে। ভাইবুঙোগী চহি মতাংসিদা মচা মমৌ রারকপা শুমদবা হায়হুনা মীনা কানা কানি ভাংনবা অত্থুগুম্বা মিংচৎ থিবসু থোকহনজনিংত্রে—অনা নচলগী মটতি—মাগী অনিংবা লম্বীদা মনিংতম্না চৎচখিনবা থৌরাং অমবু তৌবিবনা ভাইবুঙোগীসু মাই পাক্কনি—মাগীসু মনিং থুংজরগনি।

ললিত—ইবেম্মা ইবুংসু মতৌ করম ভৌরগা মহাক অসিদা

যুম অসিদগী তোপনা লৈহনখিগদগে হায়না খন্দুনা মাগী অচেংবদা য়েংহুনা লৈরক্লবনি।

কৈন্যা–অহুদি ঙসি নচল-। পুরক্লিবা পাও অসিদি ত ইবুঙো দদি ইরুক্কনিংবগা থোংগ্রা ভেকপগা মান্নরেদনা— ?

ললিত—তশেংবমক্লি। হন্দক্কি তানজা অসিদা মঙকশম লাক্কুনা ইলহোবা ভারে।

বিমলা–(ইসুংদগী) বিমল! ইবুঙো নংবু লাইরিক লাইশু থরা য়েংঙুনে–।

কৈন্যা–তাইবুঙো মোনূনা শেংগাও লাকপি নচল ঐ হনজরগে।

ললিত–হল্লো—হল্লো– ইবেম্মা -- !

(কৈন্যা চংখিবা; বিমলা চা কপ অমা পাইহুনা ইমুংদগী থোরকই; ললিতনা শাওমা য়েংঙি; মচুবা টৈপথোকই)

বিমলা-চা–লৈরে; (টেবিলদা থম্মী)

ললিত—চা! হুম—লমচৎ নাইদবীগী মখুৎচাবা মীশক নত্তে ঐহাক -- (চা অহু টেবিলদগী মখুৎনা ইনথোকই লৈপাক্লা কপ প্লেট তাহুনা কাই)

মহাক্লা ঐখোই পুম্নমকপু নরকতা চেন্থহনবীরেনে। নখুৎ চাবদি লাইরদনা নশক কাওবা মিৎচীনা য়েংনিংদে চৎলো–। বিমলা। করিনো তাকপিরিবাসিবো ?

ললিত—করিনো তাকপিরিবসিবো! পংশিন্নরনি। অং, চুপ্পে, তুমদবা মী হোদোকপা হাক্লবসে লুবনে—।

বিমলা—তশেংবনি পাবুংনা শাওবগী মরম অসি মাখলনা লাম্বদা থরা রানা থোকলে।

ললিত—করিস্সু রাম্নিংঙাই লৈতে ; নংনা নপামদা লৈরগা চৎকদবা লিচৎপু ঐগীসিদা লৈন লৈন চৎতুনা অহল মতম ওইরবা ঐগী মিংচৎ খিহল্লিব করিগীনো - হা - ?

বিমল —। পাবুংগী মিংচৎখিনা করম্বা নৎতবা লিচৎ চৎপ্রবগে-ত্তাবদা ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্না থোকলে।

ললিত — ঙক্কনি ; হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হারক্তুনা মাগী মাগী মরাল ফারবদা ঙক শম্নবা হায়বসে হৌনশানি—।

বিমলা—পাবুং—।

ললিত—নং অসি লুপ্রাবী ওইরবস্সু য়ুম অসিগী মৌনি · অক্তুগা নংনা শা-ঙানা চৎকদবা লিচৎ চত্তুনা ঐখোই পুন্নমকপু য়োল্লিবা করিগীনো ? নংনা ঐঙোন্দা উৎ চাইক্তুনা চাকঙন চাক্তুনা থবক শুবনি হায়ক্তুনা চৎলগা শক য়োন্দুনা শেল তাল্লম্নি-বোইরে — ।

বিমলা—পাবু·

ললিত—তুম্মীন লৈয়ু নংনা চৎলিবা লিচৎ অসিগী মরমদা নংগা ওনশিন্নক্তন রা ঙাংনবা হায়বসে হৌনদবনি—য়াম্না ইকাই-নিঙাইগী মশক্নি। অক্তুনা ঐগী হায়কম থোকপা রা থরা হায়রগে—নংনা ঐগী অসিদা অস্সুম লৈরবদি নংগী অম্নিংবা লম্বীদা ঐখোইনা অপনবা ওইবা তারি।

অক্তুনা নংগীস্সু ননিং থুংননবা ঐখোইদস্সু কাইদনবা ঙক্নিদগী নং য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎপ্রো— ।

বিমলা - পাবুং - ।

ললিত —অচুম্বনি —, নংনা অক্তুক রানা চৎন-থোক্ন লৈত্রবস্সু থোংগুন

তানা লেংদনা নংনা অপাম্বা মকমতুদা লৈজরুরো। মতুনা অফবা ওইগনি—।

বিমলা – নৎতে-নৎতে পাবুং ঐবু অতুক লাম্না লোৱীগনু কনানা করি হায়জিন্দুনা ঐবু অতুক লৈখা তান লোৱীরিবনো—?

ললিত—কানদে ইবেম্মা ; নংনা ওক্ত-লমচৎ চৎলগা কনাগী মচা মমৌনো হায়তুনা মীরা ঙাংনবাশিংনা ঐখোয়বুসু য়াওনা ঙাংনবীরেনে। ঐগী দি হায়রীবসিনি – নং য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবনা নংগী অফবা ওইগনি।

বিমলা—মীরা ঙাংনবা তাইবংনি মীগী মাংননবা শিনবনা মখোয়গী মশিননি ঐবু থাজবীদবা তৌবীগনু – তারিবা খংলিবা পুন্নমক অদো মীনম্বা ওইদবা ঙাক্তনি—।

ললিত—কপশিন লাওশিন্নতুনা করিমত্তা কান্নররোই—।

খংঙু—সুংশিং শিংতনা উনা লেংদবনি—। চৎলো-চৎলো য়ুমসিদগী চৎপ্রো—।

বিমলা—নত্তে-নত্তে পাবুং অরোইবা থাকতা হেক্তা ভাকপীবসে তৌবীগনু। য়ুম অসি নম্বনা ঐগী অতোপ্পা চংজফম লৈজদ্রবীনি য়ুম অসি থাদোক্লগা কদাইদনো ঐনা চৎলুগদবা- কদাইদনো ঐগী চংজফম – !

ললিত—অতুক নহা ওইরিবী শক ফজবী নংগী লৈফমবু রাৎপরা – চৎলুনা লৈপাক্লা শকখং মাইখংনরবা সুকুমার উকিলগী ফুড়া দোলাম্দা লৈরুনা করি রাফম লৈ—।

বিমলা – পাবুং—।

(মতম অসিদা বিমল খোয়ক্তুনা কপলি-কপলি তৌদুনা কেপ্পুনা লৈ)

ললিত—মুক হেক হৌগৎতুনা মচৎপ্রো—করি তৌনবা কপশিন লাওশিন্নরিবনো—?

বিমলা—সুকুমার উকিলগী মরুমদা ওইরে—ঐবু অতুক য়াম্না চিংনবীরম্মীবা লাম্ন লোবীরম্নবদি ফরে—ওসিদগী হৌনা মাগীদা থবক শুব চৎচরোই—যুম অসিদগী খোংকাপ অমা মপাল থোকচররোই—। লাইবকথিবী ঐবু য়ুমসিদগী চৎলো হায়বসিদদি তাকপীগন্নু

ললিত—কানদে-কানদে ইবেম্মা নংনা ফনা মপাল থোক্তুনন্নু শিৎতোকপ্রবা তিল হনজিনবা য়াবা নত্তে—। নংবু য়ুমসিদা থমতুনা ঐগী মিংচৎথিনবা তৌররোই—। রা অমুক মখা তারগন্নু—হুই--য়েন তানবগুম তানত্রিউৈদা ইক-ফজনা চৎলহৌ—।

বিমলা—ঐনা হায়রজবা থুদিংমক্তা করিমত্তা থাজবিবা লৈত্রবা!

ললিত -থাজদে-থাজদে চৎপীথরো-হায়রিবসি ন।

বিমলা—চৎপা! কদাইদনো ঐনা চৎলুগদব—।

ললিত—চৎজফম লৈত্রগা নংশি শিখিবদি ওম্মীদনা— । শিঙ্ঘিবনা করবা নংগী পুন্সিহুবু—।

বিমলা—উম-চুম্মী; শিখিবনা মতিক চারবা পুন্সিনি—।

ললিত—চৎলো-চৎলো—চোইরোল-পারোল লোনহুনা লৈবীরম্নু—।

বিমলা—বিমল—।

বিমল—(কপ্পুনা চেনশিনরুগা মমাদা কোল্লগা) ইমা নং কদাইদা চৎকদৌরিবনো?

বিমলা—ইবুঙো ঐ কদাইদা চৎকদগে হায়বা ইমানা হায়বা ওমদে—ঈশ্বরভনা খংবিরগনি—।

বিমল—ঐসু চংকনি ঐসু–নংগী নতুং ইল্লকনি—।

বিমলা—নত্তে-নত্তে-বিমল নং ইমাগী ইতুং ইল্লকসু ইখোখোই কাকাখোইগা অহুম লৈহৌ –।

বিমল –ঙম্মোই কৈশু—লাকনি—

বিমলা—নত্তেনে-ইমাগী ইবুঙো-লাইবকথিবী নমা ঐগী অরাবা শরুক য়াবদা নং থঞ্জিক অঙ ৎ ওইমল্লি। নমা ঐগী ইতুং ইল্লবদি নহাক য়াম্না রাগনিনে ইমাগী ইবুঙো – ।

বিমল—ঐ নংগী ননাক্ত লাকনি-ঐ অসিদ লৈনিংদে।

বিমলা – বিমল – !

বিমল—কো-ইম ঐবুসু পুবিয়ুকো !

বিমলা—নংনা চংকনি হায়ন ময়াক্রবদি-শরে চংশি --।

ললিত—করি–অঙাং অঙ্গ কদাইদ পুগদোরিবা (চংশিল্লকুনা বিমলগী খুদাং পাইদুনা চিংথোক্ল। ন দা মাংজবা নত্তনা অঙাং অসি য়াওনা মাংহল্ল'গরা— ?

বিমল –(কপ্পুনা) ইমা – ।

ললিত –তুমিন্ লৈয়ু · খংঙু মহাক অ সি ঙসিদগী নংগী নমা নত্রবনি

বিমল – নত্তে ঐগী ইমানি – ।

বিমলা—বিমল – ।

ললিত—চৎলো-চৎলো ইবেম্মা-অঙাং অসিগী মশাদা নংগী হক করিমত্তা লৈত্রবনি – । অঙাং অসি ঐখোয়গী ঈনি– । মাগীদমক করিসু য়াথিরগনু ।

বিমলা –করম্না রাদবা ঙমগনি। করিসু লৈত্রবা শা বলদসু মচা কাইনবদা ঙাওহনা চৎলি। তাইবং মীওইবা ঐখোয়দি করম্না রাদবা ঙম্মোই। ইচা অসিনা মমা ঐগী ইতুং ইনগনি

হায়হুনা কপ-লাওহুনা-চোংহুনা লৈহোৌরবহুবু উনা-উনা কয়্যা মমা ঐনা ইচাবু হুন্দোক্লম্লগা খোং থাংদোক্তুনা চৎপা ঙমগনি।

বিমলা—লাইবকথিবী ওইবনা নোন। নুপ্রা ওইরবী ঐহাক্তি মীরা ঙাংনবা তাইবং অসিদা হৌজিক্তি হায়জিল্লিবমথৈ পক্লগনি—অহুবু খংদা উদা লৈত্রবা তাইবংপান মপু ইবুংঙো মহাক্ত-নদি লোইনা উবিরমগনি—।

ললিত—ফরে ফবে—খংদা—উদা লৈত্রবা ইবুঙো মহাক্লা য়ায়েল্লশহু—নংদা চৎপিখরো—। নং অসে য়ুমসিদা মিৎকুপ অমা ফাওবা লৈহনক্লনিংদরে চৎলো-চৎলো—। (বিমলদা) হাই চংঙু-ইমুংদা চংঙু—। (মখুৎ লাক্তুনা চিংশনবা)

বিমল—ইমা—! ইমা—!

ললিত—মসিসু মমা কৌবা শারদনা—তুম্মীম্মা লৈয়ু—। (ফুবা) চংঙুনে ইমুংদা—।

বিমল—ইমা ইমা—!

বিমলা—বিমল বিমল—!

ললিত—চংঙু ইমুংদা—(ইমুংদা ইনশিনখিবা) হেক থোরকুঙ্ক—নখোং থুদেকে—। (বিমলাদা) হায়—ইকায়খংদবী—নমাই অহুক পানদ্রবা কন্নিগীনো—? মীনা চৎপ্রো হায়ব্রবদি—হেকমক চৎপ্রোদনা—।

বিমল—(ইমুংদগী, ইমা—! (চেনখোরকপা) ইমা!

বিমলা—বিমল—।

ললিত—(বিমলগী খুদাং পায়হুনা থাম্বা) ইম্রা, মসিগী অঙাংসিদি—চংঙু ইমুংদা—। (ইনবা—বিমল তুম্না)

বিমলা—বিমল—(চংশিন্দুনা বিমলবু কোনগে ভৌবা)

ললিত—হায়—চংশিল্লকনু। (বিমলা চপলেপ্পা) চৎলো.—

চৎপ্রোনে নংবু—।

(বিমলা থম্মোই কায়না—কপ্তুনা চৎখিবা)

---

## লাইট ওফ

### ৬শুবা ঊৎপা

### য়ুম (সুকুমারগী)

মী-পোং লাক্লগা ফম্নবা কানি; টেবিল চেয়ার খর থাতুনা লৈ; ফকলাংদা নিপী অমগী ফোটো থেৎলি; টেবিল মথক্তা লাইব্রিক-লাইত টাইপ রাইটর—চে কলমনচিংবা লৈ; বদেনা ঝ'রোন অমা পায়রতুনা টেবিল চিয়ার নাথোক-খোৎতোক্তুনা শেংদোকলি; মতম অসিদা সুকুমার চংলকই;

সুকুমার—বদে—।

বদে—বাবু—!

সুকুমার—বিমলা লাকত্রিবরা—?

বদে—য়ৌরকত্রি বাবু—।

সুকুমার—করিনো ঙসিদি মহাক থেংঙিনা—।

বদে—(নোকফেৎ তৌতুনা) চিংনবিগনু বাবু, ইবেম্মা বিমলা থেংঙবসু ঙল্লবসু শোয়দনা য়ৌরকনি—।

সুকুমার—য়ৌবুদি য়ৌরকনি—। থবক ভাইমবগী রানিদা।

য়েংঙোই বদে—ঐ অরুবা চে-মুং থর য়েংনুখিগে—।

বিমলা লাকপগা হেক তাকলকউকো—। (সুকুমার [illegible] তৌবা)

বদে—ফনি বাবু; অদুগা তৌবসু বাবু, ইবেম্মা বিমলাসু হেক লাকপগা বাবুবু হক্তা হংঙি—।

সুকুমার—মত্তদা কৈদোরবগেনে—?

বদে—করিসুবুদি তৌদে; অত্তদ বাবু, অমনা অমবু উনদবদা হেক হংনবা হায়বসি পাক হেক হংনবা য়াবা নংতে।

সুকুমার--অর্থ লৈবা রা ঙাংঙিদা বদে--।

বদে—হোই বাবু—অকাওবা উকিল অমগা মতম কুইনা লোইনক্ল-বনিনা ননাই ঐসু মীগী ইছনকাশি খজিক্তদা য়াম্না লায়না খংবা ঙমজরে—।

সুকুমার—(নোক্না) করি হায়বা বদে—?

বদে—ননাইবু থকশি-খাশি নায়দেদি হায়বিগনু—। হায়জরগে।

সুকুমার—হায়য়ুনে—।

বদে—বাবুগ বিমলাগগী মঙং-মতৌ অসি উবদা ননাইনা খনজবদা য়ুমগী নিপাগা নিপীগনা অনিগী মরক্তা অমনা থবক ইংখাং চৎথোক্লরগা হনজিল্লকপদা হেক উনদবদা মচা-মশুদা নমা কদায়দা চৎখরে—নপা কদায়দা চৎখরে হায়ছনা হংনবদো মছুগা চপ মান্নখরে—।

সুকুমার…হু…হু…হু…মত্তুদি বদে, নংনা পংখন-খনজবনি—। ঐবুদি অছুক লাম্না লোরুগনু।

বদে—হোয়, বাবু ননাইনা লানবসু ওইরম্বা য়াই—।

সুকুমার—(ককলাংদা থেংলিবা ফোটোদা খুদোনবী থিন্দুনা) মহাক অসি কায়নখিবা হুমিং অত্থদগী হৌরত্থনা পুম্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি হায়না খনথ্রবা ঐনি

বদে—ননাইনা মুঙায়চনা পংঙাং ঙাংজবনি —। অত্থ ঙসিদি ননাই ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা নিংশিংজগে—।

সুকুমার—। হায়য়ু—করিনো— ?

বদে—ঐগী খম্মোইদা লৈজবা রানিকো বাবু ?

সুকুমার—অত্থবু তাশি হায়বা ।

বদে—ঐখোইগী ইবেম্মা কল্যানিনা লৈখিদবসু চহি মরি হায়জিল্লক্রে—। মসিদ নিপী য়াওদনা য়ুম পানবা হায়বসিমক্তবু য়ুমগী লৈতেং রাংলিদনা অত্থনা… …

সুকুমার অত্থনা অতোপ্পা নিপী অমা য়েংচশি—অসিরা— ?

বদে—হোই বাবু ; ননাই ঐগী মোংতদি অতে অতোপ্পা অমা লাপন অমুক খল্লুদ্রবসু ইবেম্মা বিমলা অসিনা য়ুম অসিগী মবেম্মানি হায়রবদি ওম্বোক্লা মতিক চাগ্রনিদা—। শকতসু রাংতে—। গুণদসু রাংতে—।

সুকুমার— বদে—

বদে—মপুক-মপাওসু ওম্বোক্লা ইংখরে য়ুমগী মবেম্মা অমা ওইবদা মাগী মশাদা কল্লিমত্তা রাংতে—।

সুকুমার-উম বদে-অত্থগুম্বা আশাহ্থ ঐগী লৈরম্বা খোক্লবদি শাগৈ-জাংসু ফবী—মপা—মপুনসু কৈরাক থাবী—মশক মতৌদসু রাংতবী কয়াগী মরক্তগী খোইদোক হোন্দাকপী অমনা য়ুম অসিগী মবেম্মা ওইরম্লগদবনি। ইম্নিংতা

ইচা উবা হেন্দোক্না য়ারবা মতমনি—।

বদে—অতুবু বাবু—।

সুকুমার—চুম্মী মায়াগী সংসারনিনা অতুগুম্বা রাখল অদো মরক মরক্তা হেক হেক খল্লকই। অতুবু য়ুমদা হেক হনজিল্লকপগা কল্যানিগী ফোটো অসি হেক উরুবদা মুংশাগী মভালদা লেন্না তুম্বাগুম রাখল অদো খাই মাংখি—।

বদে - অতুদি ইবেম্মা কল্যানিগী ফোটো অসি··· ···।

সুকুমার নত্তে-নত্তে মদো ঐ ভমলোই—। মরমদি কল্যানিনা সংসার থাদোকলমনাইগী অরোইবা মিংকুপতা করি হায়-রম্মী খংলবরা--ঐগী খুং অনি অসি চেক্তেৎ পাইশিল্লগা মানা হায়রম্মী--ঐনা লৈখিদবা থোক্লবদি ঐভোম্দগী মশক-মতৌ ফজবী-অতোপ্পা নিপী অমনা ঐগী ইহুৎশিন্দুনা নংগী সয়া তৌরগনিকো—মতুদ ঐনা করি খুমখি খংলবরা—নত্তে নত্তে কল্যানি, নহাক লৈত্রবদা ঐগী সংসার অরোন—অহিং—মুংথিল মতম পুন্নমক্তা নংগী মুক্তিতবু পুজা তৌনা লৈগনি—নংগী হাংলবা মফম অসে মেন-বারনবা ভাউবংপালসিদা লৈতে হায়না খুমখি—। বদে, মতম অতুন মাগা-ঐগা-পূকমেন-পাওমেন্নখিবা রাহৈশিং অদো তৎতন নাকোং অসিদা নিনতুনা লৈরি-। তোক্লশি—বদে—। রাশি তোক্লশি—। (চৎখিগে তৌরুরগা)। য়েংঙোই, বদে বিমলাদো লাক্লগা টেবিলদা লৈরিবা চে-শিং অসি টাইপ তৌথোকউ ঐনা কোর্ট চৎপদা পুগদবনি হায়যু—।

বদে—ফনি—।

সুকুমার—অত্থগা… …ফরে, মহৃতা হায়য়ু—। (চৎখিবা)

বদে—( থবক তৌন তৌন )

ঐগী পুন্সি অসি ইমুংমনুংগী থবক ইংথাং কুপ-নোম্বা নিপীগী পুন্সিদা লেল্লু হায়না তমথ্রবোইরে—মীনা তানবা ফংদবা মপোক হায়বত্থ ওইরে—।

(মতম অসিদা য়াম্না নিংবা কায়না মথবাই নুঙায়তনা বিমলা চংলকই)

বিমলা—তাদ—।

বদে—এ—ইবেম্মা, লাক্লবরা — ?

বিমলা—তাদ—।

বদে—ঙসিদি য়াহৌ থর থেংঙিনা—।

বিমলা—হোয় তাদা থর থেংদোকখরে—। তামো সুকুমারবু লৈবরা— ?

বদে—লৈ; বাবুনসু ইবেম্মবু লাকত্রিবরা হায়না হৌজিক্তা হংলম্বনি—।

বিমলা—তামোবু থবক অরুবা তৌরিববা - ? য়ারবদি অমুক্তা ঐ লাকএ হায়না… …।

বদে—হোয়-হোয়। (চৎকে তৌরুরগা) অত্থগা ইবেম্ম, বাবুনা টেবিলদা লৈরিবা চে-শিং অসি হৌজিক টাইপ তৌথোকউ হায়বনি। ঙসি কোর্টতা পুগদবা চে ঙাক্তনি হ'য।

(চৎখিবা)

(বিমলা চংশিন্দুনা চে-শিং অত্থ য়েংহুনা লৈ, সুকুমার চংলকই)

সুকুমার—বিমলা, নং য়ৌরক্লবরা— ?
বিমলা—তামো— ।
সুকুমার—নংনা পায়রিবা চে-শিংত্থ খর থুনা টাইপ তৌথোকউ —ঐনা হৌজিক কোর্ট চৎপদা পুগদবনি ।
বিমলা—তা—বদেনসু হায়রম্মে— ।
সুকুমার—থেংখরে—পরপ-পরপ—লোইথোকউ ।
বিমলা—তামো—তামো,- রা অমত্তা— ।
সুকুমার—হায়যু করিনো— ?
বিমলা—ঙসিগীদি তামোগী থবক ইংখাং অসি ঐ পাংথোক চরম্নগে—হয়েংদগীদি··· ··· ।
সুকুমার—হয়েংদগীদি কৈদৌবা— ?
বিমলা—ছুটি পিবিরো— ।
সুকুমার—ছুটি ! তুমিৎ কয়ানিগী— ?
বিমলা—থবক তৌবসি ঙসিনা অরোইবা ওইজরগে— ।
সুকুমার—ঙসিনা অরোইবা— !
বিমলা—হোয়—,
সুকুমার—কৈদৌরে— ?
বিমলা—করিস্থু তৌদে— ।
সুকুমার—বিমলা, ঐগী থবক তৌবদা করি ননিং থুংদবা লৈরবগে— ?
বিমলা—করিমত্তা লৈতে ।
সুকুমার—অত্থুদি করিগীনো— ?
বিমলা—মরম হংবিগনু— ।

সুকুমার—বিমলা, নংনা ঐগী থবক তৌবা তোকখিবদা ঐনা খিংবা ঙমদে। অদুবু নংনা তোক্কদৌরিবগী মরম অদো ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়বন্মু—।

বিমলা—তাবিনিংবরা ? (বদে থোবক্তুই)

সুকুমার—হংলিবাসিনি। নংনা থবক তোকখিবা তারবসু চিংনবা অসে কোকহল্লম্মু—।

বিমলা—অদুদি তাবিরো—অসিদা থবক তৌরুবসিনা মরম ওইদুনা অহল-লমণনসু য়ুমদগী মি চংথিবা বদনাম পিদুনা ঐবু তানথোকপিরকলে—।

সুকুমার—মিংচংথিবা বদনাম পিদুনা য়ুমদগী তানথোরক্লে হায়বা! মরমদি—?

বিমলা—মীরা ঙাংনবনা মপৌ ওইরবা মী থরনা নংত্তবনা অওইবা শাদুনা তামোগ' ঐগাবু বদনাম পিদুনা অহল-লমনদা ত্তমশিনবদগী ঐ অসি শাগী লিচং-চংলে হায়দুনা……।

সুকুমার—মদুরা—! মদুগীদমক্তা নংনা থবক তোক্কদৌরিবা?

বিমলা—অচুম্বনি; লাইরববসু নংলবসু অদুগুম্বা মিংচংথিবনো ঐনা খাংদুনা লৈবা ঙমদে—।

সুকুমার—মীরা ঙাংনবন' কয়া কুইনা ঙাংনগনি—। ঐগী-ঐগী থম্মোইনা শেংলবদা-পুকচেলনা মকত্রবদা মীরা ঙাংনবাশিংনো মরাইনাময়া কুমদুনা তোকচখিগনি। থংঙু, বিমলা, অচুম্বগী মমাংদা অরানবনা কৈদৌঙৈদসু লেপতুনা লৈব ঙমলোই।

বদে—অচুম্বনি ইবেম্মা, বাবুনা তাকপিরিবসি—। মদুগীদমক্তা করিসু চিংনরুগদু। ইচলগী থম্মোই মতা অদুদবু মথোইনা কয়া কুইনা বদনান পিবা ঙমগনি—।

বিমলা—তাদ, ঐগীদমক্তদি করিস্থ খোইদোক্তে—করিস্থ খল্লুদে – লাইবকথিবী ঐগী পুন্সিদা বদনাম পিহুনা মখোইগী করি তোংজগদগে। ঐগী রাদি অল্লাইবনি ... ...

বদে - অহুদি করিগীনিনা -- ?

বিমলা – ঐ অমগী পুন্সিদা বদনাম পকপদি করিস্থ লৈতে করিস্থ লৈত্রবী—ঐনা মরম ওইহুনা তামোগুম্বা মীশক অমগী পুন্সিদা বদনাম ঐনা পামজদে। অহুনা ঐনা অসিদা লাকপসি ঙসিনা অল্লোইবা ওইজরগে—। (সুকুমার বা মচেৎ অমতা ভাংদে; বাখল তৌহুনা লৈ)

বদে —ফরে, নহাক হৌজিক করি তৌনি— ?

বিমলা ঐনা করি তৌগনি মহু লেপত্রি— ।

বদে—নত্তে ইবেম্মা নংবু নকু ময়ুমদগীস্থ তানথোকপিরক্লে হায়-নহাক কদাইদা চৎকনি ?

বিমলা ঐগীদমক্তা কোক শাবিরুগন্থ·ঐগী চৎকম লৈ।

বদে—নহাকী অহল লমণ নবুং-:নোপরা মরিমত্ত' কনা'মত্তা লৈতে হায়বদাই অহুগা কদাইদা চৎকদোরিবা ?

বিমলা—সংসারসিদা ঐগী কনা'মতা লৈতে—অহুবু চৎকমদি লৈ—মহুদি অশিবগী লম্বীদা ।

সুকুমার—বিমলা— !

বিমলা—মহু নৎতনা করি উপাই লৈরি ?

সুকুমার উপাই করিগী লৈরোই—উপাই অদো ঐনা তাকনি।

বিমলা— তামো— ।

সুকুমার – সংসারসিদা নংগী কনা'মতা লৈত্রে হায়বসি কনানা

হায়রিবনো— ? নহাক্নীদমক্তা ঐ লৈরি বিমলা— ।

মুরে—চুম্মী-হৈরেম্মা—নংগীদমক্তা ঐখোইগী বাবু লৈরি— ।

সুকুমার—নহাকপু ঐনা য়ুমদিদা থম্বগনি বিমলা ।

বিমলা—নত্তে-নত্তে মাংজখিবদা করিস্মু অকাইবা লৈত্রবী-মমল য়াওত্রবী ঐগী পুক্সিনি । করিস্মু লৈত্রবী ঐগীদমক্তা তামোগী পুক্সিবু লৈথা তাহনজনিংদে—তামোগী পুক্সিদা অমুবা কালি তৈহনজনিংদে !

সুকুমার—বিমলা— ।

বিমলা—চুম্মী—তামোগীসিদা লৈহনা থবক ইংথাং শুহনা শিবা ঙায়হনা পুক্সিসিদি লেনগনি হায়রবু ঐতগী য়েংহনা— !

সুকুমার—বিমলা, নংনা ঐগীসিদা লৈবদা, ঐগী মাইথুদনবা ঐগী মিংচৎ থিদনবা—ঙসিদগী ঐনা ঐগী ইথৌ পায়থৎলগনি ।

বিমলা—মহু ওইথোকলোই ; মীয়া ঙাংনবা মীশিংগী মচিন মেনবা ওইথোক্তবনি । ঐনা অসিদা লেংদনা লৈরবদি বদনাম অদো চাওশিল্লক্কনা তামোগী মিংচৎ থিবদা অহুম্মক হেনগৎলক্কনি !

সুকুমার—বদনাম অদো মাংহনগনি—মিংচৎথিবদো ঐনা মুথৎকনি ।

বিমলা—করম্না— ?

সুকুমার—বিমলা, মহুদা নংনা ঐগী ইত্তেং পিগত্রা— ?

বিমলা—ঐনা ঙম্বা ওইরবদি শোয়দনা পিজগনি ।

সুকুমার—অওইবরা— ?

বিমলা— অহুমনি ।

সুকুমার—বিমলা, নহাক্ন ঐগী মুমগী মবেম্মা ওইবা ঙম্মদি পুন্নবক কোক্লেদনা—?

বিমলা—তামো—।

সুকুমার—নিংবা কায়বজনা নশরক ওইরবী হুংঙায়বা.. ম্লক খংক্রবী অরাবা ইপাঙ্কা তারবী নংনদি ঐগীদমক্তা নশাগী ওইজবা কায়বা পুন্নবক থাদোকপা ঙম্নগা নংগীদমক্তা ঐনা বদনাম কিহুনা নংবু থাদোক্কদবা—?

বিমলা—তামো—।

সুকুমার—নংনা মরম ওইহুনা ঐনা মি·চংখিবগুম—ঐনা মরম ওইহুনা বদনাম পক্লবী মিংচংখিবী মিংথোল ফংলবী লৈথা তারবী নংগী খুজেং পায়হুনা ঐনা ঙমলিবমথৈ নংবু অরাংবা থাকতা চিংখংলমগনি।

বিমলা—তামো—।

সুকুমার—মসে ঐগী অয়েম্ননি—।

বন্দে—মতম কুইনা গননা তৌহুমা হোৎলকপা ঐগী অক হৌজিক্তা কোল তাইদা—।

সুকুমার—হায়য়ু বিমলা, নংনা ঐগী মুমগী মবেম্মা ওইবদা নত্তেং পিগদ্রা ? (বিমলা খুমদবা) খুম্মু, বিমলা—করিগী চিংনরিবনো ?

বিমলা—মপুগী থুয়া য়ৌত্রিবী লৈথোক্তগী হেকত্রিবী পোমশাংনবী লৈরাং করাগী রাখলবু তুংওইমরগা লৈমলচল্লবী ঐগীদমক্তা অহ্ য়েনা আশা তৌবিবদি করম্বা লাইনবু ঙম্বীরমগদগে—অহুক লায়নক কর্বদি মংদম্ভ থোকলোয়—অহুবু……।

বদে—মংদা খোকত্রবস্ তাইবংদা খোক্লেদনা।

বিমলা—অত্থবু তাদ, লায়বক ফবদো পাপফি মশক্তি।

সুকুমার—সুংশিনবা লৈত্রবা মীসুংশি খত্রবা সংসারসিদা পাপ-পূন্য করি খেন্নবা লৈরিবগে—? শিননবা পোকপা মীওইবগী পুন্সিনি। শিত্রিবৈগী মতমদা হিংল্লবগী লম্বী খিরকপদা ঐগী তৌফম খোকপা কর্ম্ম তৌহুনা হিংমনবগী লম্বী খিববু করিগী পাপনে—?

বদে—চুম্মে—।

সুকুমার—ময়ুম পাল্লবী নিপীমা অতোপ্পা নিপাগী রাখল খনবা পাপনি মদো চুম্মী—। অথুগা অরা-অনা খুদোংথিববু লাম্বোল্লবা পাম্বেদি থিত্রহুনা অর্রা-অনা কিবদগী পোকওম-দনা পোল্লবা মীওইবগী পুন্সিবু আত্মাঘাট তৌবদি পাপ নংত্রা? (বিমলা বাখলনা মকোক ভাওরকই)

অত্থক চাউবা পাপতি অনিশুনস্ লৈতে। শেংজরবী নংগী পুন্সিবু বদনাম পিবদা নাচুংবা লৈত্রবী মীসুংশি খংত্রবা তাইবং অসিদগী নংনা করিগী কিহুনা চেনফম খোকই। চেনবগী মহৎতা নোক্না মায়রোং রাহুনা লেপকদবনি। হিংনবগী লম্বী খিগদবনি। মদো পাপ নত্তে—মীওইবগী তৌফম খোকপা কর্ম্মনি।

বিমলা—ওক্লে—কোক অসি ভাওরে।

সুকুমার—বিমলা, নচা অপিশক অমা লৈহৌরিবহুগীস্ খল্লু—। নতোমতগী খনগস্; পাপ পুন্য-অচুম-অরানগী রাখল খাদোক-হুনা নচাগীদমক্তা নং হিংহুনা লৈবা তাই—।

বিমলা—ইচাগীদমক্তা—!

সুকুমার—(বিমলাগী খুজেং পায়হনা) অচুম্বনি; বিমলা মচাগীদমক্তা মমানা হিংবা তাবনি—।

বিমলা—মদো অচুম্বনি।

সুকুমার—হায়য়ু বিমলা, নহাক ঐগীসিদা য়ুমগী মবেম্মা ওইহনা নৈবা ঙম্নগদ্রা?

বিমলা—য়ুমগী মবেম্মা—!

বদে—মানি; বাবুগীনা মবেম্মা—ঐগীনা বাবুনি।

সুকুমার—খুম্মু বিমলা—ঙম্নগদরা—?

বিমলা—ইচাগীদমক্তা ঐগী অক-ফত্তা রাখল তুংওইনরগনি হৌজিক্তি ঐ কদায়দসু চৎলরোয়।

সুকুমার—বিমলা—।

বিমলা—য়ুমসিদগী ঐবু তাম্বোকপিগনু।

বদে—ইবেম্মা বাবুনিবু য়ুমসিদগী তাম্বোকপিনবা জগৎতা পোক্তে। সুঙায়রে সুঙায়রে—অনৌবা অনৌবী অনিনা য়ুম অসি নোংনগদোরবনিনা ঙসিদি অনৌবা ইনশাং চারনি।

সুকুমার—বদে—।

বদে—মতম কুইনা মোংফমগা চপ মান্নরম্নবা ইমুং অসে বসন্ত ওইরে—কোকিল খোংলরে—নৈরাংসু শাৎলরে খোইমুসু ইল্লরে।

সুকুমার—বদে—।

বদে—বাবু, নৌবা হুমিং অসিদি অনৌবা ইনশাং মথেল অমত্তং ননাই থিজরুরগে—ননাই চংলে। (থোকখিবা)

(সুকুমার—বিমলা নোক্লা নোক্লা য়েংনহুনা লৈহৌই)

—বিশ্রাম—

---

লাইট ওফ

# অনিশুবা উৎপা

## ১ বা উৎপা

অচিকপা লম্বীনি মতমদি সন্ধ্যানি ;

(তোনান বাখল তৌহুনা থোরকই)

তোনান—মাগী বদে হায়বসে হায়নবা শোইগ্রেদকো অঙক লুনা হায়নরগা—হৌজিকপু মহাক্লা লাকপিদ্রবদি কমদোবা—মরূপ মপাং অতৈ অতৈসু হায়হৌবা নংতা (মাইকৈ অমদা য়েংলগা) এ--মঙমদি·ইশান শানদনা মরাকতা হায়হুনা লাক্লিবসি ওইবা তারে। মানি মানি মহাকনি-হাই-বদে! বদে নংত্রা লাকইহুবু ?

বদে—(মপালদগী) মানি ; কৈদৌরবগে ?

তোনান—নখোংহুবু হুংহুম য়াল্লবরা ? —খর থুরকউ হায়বনি।

[বদে তহা তহা চেনথোরকপা।]

বদে - হুপি খোরক্লবরাও ?

তোনান - মাবুদি খোরকত্রিনে ।

বদে—হে-হে-ঐদি হুপিগা খোরক্লবোট নিংঙ্রে। নংনা মাফংতা লাংলিবোইরেশে ।

তোনান—ভাই, মাফংতা লাংবা নত্তে; হুংশীখোইরবী শানৌ মহাকপু ঙসি য়ুমদা পুবগনি খল্লুবদা ইশা অসি পংপাদ পাখংলে হায়বনি ।

বদে—মহুদি হৌনশানে ; নংতে ভাই, পাখংপদা নংতনা নিংদোল-কাহ্ন তিং তিং চোংত্রাও ?

তোনান—ভাই, হাযফম খংদেদা,— কমলাককাশি পকনিকতা নিকখ্রেদা—ঐদি ইতোমতা হুংশাবু খিজরে ।

বদে—করিগী হুংশাখিরিবা ? হুপী চেনবা হুমিং হায়বসিদি হকচাং অহু তগংতা ফুর্টিদা লৈগদবনি ।

তোনান—ভাই, মিহুন থাহুনকা লোইনা চেনখংথরে—ঐদি ঙসি অহিং অসি হার্ট ফেল ওইহুনা শিরগত্রা খনজিল্লকলে—।

বদে - হার্টফেল ওইহুনা শিবা হায়বা - !

তোনান—অ৺া—ভাই - ।

বদে—নংগী হুপিসিনা খোরকপা কাওবদদি শিখিনু শিগে হায়রবসু কোন্না শিয়ু—। অহুগা নংনা শিগনি হায়হুনা নংগী হুং শবী-গীদমক্তা করিমতা রারুগনু—ঐঙোন্দা হেক শিন্নরম্মু—।

তোনান - করি এ—ভাই— ?

বদে—নংগী নতোহুনা হায়রিবনে—। হুপীচেনবা খোরকলগা অহুক বোল শোনবা হৌনব্রা- ?

তোনান–ভাই, মুপিচেনবা নিপাসিবু অসুম্না কমলাকা নিরুবরনে— ?

বদে—হুরানবা লাকপবু দি নিকভবদি– ?

তোনান—হুরানবা হায়বা – ?

বদে–ভাই, হুরানবা পুম্নমক্তগী মুপী হুরানবনা খ্বাইদগী অচৌবনি শাস্ত্রদা লাওরিবহৃদি।

তোনান—ও!

বদে—নৎতেনে—ভাই, নংগী ঙসিগী থোরাং অসিবু কমদৌরিবা জাৎনো মুপীবু শোইদনা থোরকদরাও— ?

তোনান—মহৃদি ভাই লৈবাক্তা থৃতমনা শুবনি। চন্দ্রবু পুথোরক্ল-বা হায়হৃনা লৈত লৈত মুমিৎলৈদা লুপা ৫০ পিগ্রবনে—।

বদে –মুমিৎলৈ হান্নবদি কোনশমগী অক্ষাওবীদো— ?

তোনান–হোয়নে— ।

বদে–নংদি কদায়দগী লুপা ৫০ লৌরুরিবা—।

তোনান—হেরো ভাই হায়দোকপা ইকায়বা রানিদা পাংথোক্তবা য়াদবা কর্ম্মনিনা ঐথোয়গী ইমাগী কৈ অরাংবীদো লোম্না হুরাম্লগা বক্কান থম্মুরগা ফংঙকপা লুপানিনে।

বদে—করি হায়বা তোনান, নথোয়গী ইমাবু কৈ অরাংবী লোয়রমবরনে– ?

তোনান—ভাই, ঐথোয়গী ইমাগীদি অমত্তা নৎতে অনি অহুমবু লৈহৌরি।

বদে –হে-রা,—নাত্তে চাদবা রানি।

তোনান—ভাই, নংনা তাব তাদহুনা শাওরিবনি—ঐনা কৈ অপাংবী হায়বদি ইমাগী ফিগে ফনেকপুনে।

বদে—(মোক্তুনা) হা! ফনেক—ভাই; নংদি চোপ্লেদা।

তোনান—কমদৌনি ভাই, মহু নংতনদি গংতিদি মচিল তেক্লে—।

বদে—(মায়কৈ অময়োমদা য়েংলুরগা) ভাই, আদা মী অমা লাকপ-গুম তৌই—।

তোনান—হা—ভাই? অসিবু নিপারা নিপীরা—?

বদে—নিপীনি—।

তোনান—ভাই, মহাক শোয়দনা ওইরম্বা তারে—। ভাই মহাক ওইরম্নবদি কমদৌবা—ঐদি জিপকাম্নু থৌরাং তৌহৌদে—।

বদে—জিপকী দরকার নৈতে। নিপী চেনবদা গাড়ি শিজিন্নরী-বদো গান্দ্বাতনা শিজিন্নবনি। নংগী ওইবা মহাক অতুনবু শোয়রমদ্রবদি নংগপদা পোতুনা চেনবিগে—।

তোনান ভাই, য়োরকএ—য়োরকএ—! নংনা থোকপা ফনবা কো—কো—ঐদি হায়ফম থংদ্রে; হকচাং পুম্নমক পুমনিক নিকথরে—!

বদে—ভাই, ফিরুক ফিরাং থুমই, শোয়দনা ওইরম্বা তারে।

তোনান—ভাই, মাবুদি শোয়ন্ত্রেনে; ঐগী চম্রানিনে। পুং কয়া তারবগে?

বদে—(ঘড়ি য়েংলগা) পুং ৭ তারে—।

তোনান—তো—তো—শোইদ্রে; হায়নথিবা মতম পুংকম কঁরিমতা কায়দে—।

(মতম অসিদা হুমিৎলৈ ফিকক ফিরাং খুমন্থনা খোরকই)

বদে—(হুমিৎলৈগী মনাক্তা চংশিল্লগা) ইবেম্মা চন্দ্রা, খোংহৌ ওম্মোল্লা ভল্লীরকপ্রে—। চিংমুং চাদি নোংগোবীনা য়াশগী কৈরাথক্তা তোংহুনা নোংদোল লাইজ ঙাইবগুম ইবেম্মা পেমচাবু নংগী শাবী বয়াচাওবনা য়ানা ঙাইজরমলেদা—। লাইরবা মচা ওইবনা গাড়িকা থৌরাং তোজহৌদরে-মী চিক্লিঙৈসিদা পরপ-পরপ খোং শালহৌরসি খোংনা লেংবা য়াগনি হায়রগসু নবুংগী পাক্লবা নংগলদা তোংবীরো।

(হুমিৎলৈগী মাংদা তুং—ওনথোক্তুনা কুনথবা)

লেংঙশি—।

হুমিৎলৈ—করিনো হায়রিবসিবু—?

(মকোক খুম্বা ফি হায়দোকপা)

বদে—হৌজিকপু করি খম্মনিঙাই লৈরিবগে—? হা ইবেম্মা—

(য়েংথোরকপদা হুমিৎলৈ—ওইরম্বা) এঃ—নং ওইরে—!

(হুমিৎলৈনা তোনানলোমদা মতুং ওনথোক্তুনা লেপ্পনা তোনান শক খংদবা)

তোনান—কৈদৌরে ভাই—?

বদে—শোইরে ভাই—।

তোনান—করি শোইরবগে—।

বদে—মরু—মনাও ওম্নরে—।

তোনান—করি হায়বা—?

বদে—নংগী চন্দ্রা নত্রে। লাক্লিবসিদি চন্দ্রাগী মপা ওপুবী মালংবনে—।

তোনান—। কনা ?

বদে—মুমিৎলৈ।

তোনান—মুমিৎলৈ। থম্মোইগী কোকিল পাইরক্লে থলম্বদি ময়াং কাক ওইরম্লবা—!

(চংশিনল্লকতুনা) ইবেম্মা মুমিৎলৈ, চম্রাদি করি তৌরবা ?

মুমিৎলৈ—তামো, হন্দক্তী থোদো ওম্বোক্লা ইকাইজখরে। করি মুংগিনো হায়বদো য়োরে।

তোনান—নত্তে, করি তৌরবগে—? হেক্তা হায়বীয়ু। থোরকপদা তানজা অম। চাত্রবনরা—ঙহাক ঙাইরমখো হায়বরা—?

মুমিৎলৈ—তামো, মত্বকা মুকনং নংখিদরে—।

তোনান—কৈদৌরবা—?

বদে—শোইরপোৎনে—।

মুমিৎলৈ—তামো, হৌজিক্তী মতমগী লৈশাবীশিং অসি মল্লা লৌবা য়াবা অমতা য়াওরমদরে ; ঐবু চংহাৎ হাৎলিবনিনে। ঐনা হো হো চৎতুনা মতম ওইরে থোক্লশি হায়রুবা মতমদা মানা করি হায়রকপগে হায়ববু "কদাইদগীনোদা ইচে, কাগী তৌবনিদা—য়ুম পানবগী আশাকা লৈজত্রি" হায়না ইলাই লাইনা হায়দোরক্লে। মসিদা ঐস্মু জ্ঞান পুমমম্ মমলে।

তোনান—এঃ—হায়রিবসিদি থৌরি য়াম্দুনা শিনিংঙেদা।

বদে—আ! মকম অমুরাইসি লৈত্রক অহাংবকা লৈতেকো—!

তোনান—(মুমিৎলৈগী মনাক্তগী থর চৎথেরেকপগা লোইননা) মরূপ মপাং ইমাম্নবশিংগী মমাংদা চোপ্পা ইকাইবা নংবদি লাইরদনা

হৌজিকপু করম্বা মাই পুত্থনা ইমাগী নাক্তা চংলসিগে মরূপ মরূপ মপাং থাজিন্দুনা ইমাদা হুপি পুরক্লগদবনি হায়রিহন্নবদগী ইমা লাইরবী অহুনা লৈত লৈত পুলংহনা কমুং কাংথোল অনোবা লাংলুরে—অহুগাবু হৌজিকপু মাম হাংন ইতোমতা যুমদা চংবা—! ইশ ইমানা ঐবু মপোক সিমগী ঐগী ইরা লৌবিগদবা লৈত্রে।

বদে—লম্বোইবগী য়াম চফু থুনা কাইদা—!

তোনান—ভাই, ফাগীগী মতম নংতেদা। ঐদি খোংথুং অসি তিংথোকতুনা ও- খোংনা কপনিংলবাসিদবু—।

বদে—ভাই, ফাগী তৌবগী রা নত্তে, থৌদোক মতানা হায়বনি—।

তোনান—অহুবু কমদৌশিগে তানশি হায়বনে। ঐবু শিথিবনা হেন্না শরুক চাম হেন্না ফরে হ'য়বনি।

হুমিংলৈ—তামো, ঐ চংচরগে—!

বদে—অমুক্তা ভাইখো ইবেম্মা; (তোনানদা) ভাই খাইদা ল্যাও (তোনানবু খর চিংথোক্লগা) ভাই ওসি নং হুপী পুশিন্নবদি শিথিবনা ফরে অসিনিনে!

তোনান—আঁ, ভাই।

বদে—অহু ভাই ঐ রা হায়গে—, চন্দ্রা নংত্রবসু ওসিগী হুমিংতা হুপি অমবু পুশিন্নবদি নংদি ইকায়বসি কোকতি কোক্কনিদনা

তোনান—ভাই, মহু ফাওবা য়ারে!

বদে—নশানা য়ারেকো—?

তোনান—ইমাগী মাংদা মমৌনি হায়রুনা ঙসিগী মুমিৎতা মুপী অমবু পুশিল্লবদি য়ারে ভাই।

বদে—ফরে মত্থ খোল্লবা ঐ শিল্লগে—।

তোনান—অত্থবু হৌজিকপু কদায়দগী মুপীনো—কৈথেলদা য়োনবা পোৎসু নৎতা।

বদে—নংনা করি থংবগে? য়েংঙোই ভাই, ঙসিগী নংগী ইকায়বা চোপ্পা অসি কোল্লনবা মুমিৎলৈ অসি য়াননবা ঐ ঙাংনরগে।

তোনান—এ: মাবু -?

বদে—করি তৌই?

তোনান—.মৌ অসিবু—?

বদে—মৌদি মুপী নৎত্রবরা? করিনো মসিবু—।

তোনান—অত্থদা ভাই হোরেন ইমানা মৌ পুশিল্লকই হায়রুনা—।

বদে—হে-রা ভাই হৌজিক্কী মতমদা মৌ-লৈশাবী করি থেম্নরিবগে—? চপ মাম্নরবনি? মৌসু মুপী লৈশাবীসু মুপী—চুমদ্রাও?

তোনান—মত্থবুদি চুম্মীদা—অত্থদনে··· ···।

বদে—অত্থ অদাগী মতম লৈত্রে। নং অসে শোয়রবনে শোয়রবা! হাকনা চিলহাও খিগসু—। মুমিৎলৈনা যাবিবকপত্থম লাই থুরম্মু।

তোনান—ভাই ইরায়বক্কীনি—; নংনা ফননবা শিল্লো;

বদে—ভাই, ঐ তশেংনা থংলে—ঙসিগী নংগী থৌদো অসি পাথংছুতি হৈভবনা করি, লাংদা থুবনি কা হায়নবা রা

লৈবদাইনে—মতুদা তারবনে।

তোনান—হোয়দা—হোয়দা খবক চৎথনবা তৌরো—।

বদে—করে চৎথরগে; (নুমিৎলৈ মনাক্তা চংঙক্লুনা) ইবেম্মা নুমিৎলৈ!

নুমিৎলৈ—করি ওইরবনো—?

বদে—ইবেম্মা; ঐনা হায়জগদৌরিবা রা অসি ইবেম্মদদি য়াম্না ঙক্লা থোক্লগনি—। অতুবু য়াদবা মতাংনা হায়বা তারবনি।

নুমিৎলৈ—হায়বিয়ু কৈদৌবগে। ঐবু অতোপ্পরাও?

বদে—অতুনবু হায়জগদৌরিবনি; চন্দ্রানা ঙসি থোরকত্রবনিনা ঐগী মরুপ তোনান অসে মীগী মমাংদা ইকায়বনা শিবা তারে—অতুনা......।

নুমিৎলৈ—মসিদা ঐগীসু ইরাল খর লৈখরে। হায়বিয়ু ঐবু করি তৌজৌ হায়বগে—?

বদে—হেক্তা হায় হায়তুনা রারৌবদি তৌবিগনু—।

নুমিৎলৈ—হায়বিও—।

বদে—ঙসি ঐগী মরুপ অসিন ইকায়বা চোপ্পা নংগদৌরিবসিদগী ইবেম্মনা অমুক্তা কনবিয়ু।

নুমিৎলৈ—ঐনা করি তৌরগা তামো তোনানগী নিংবা থুংগদগে হায়বদো তাকপিও—।

বদে—ইশম শম্না হায়রবদা ঙসিদগী হৌরতুন, ইবেম্মবু ভাই তোনানগী পুস্তিগী লোয়নবী ওইবিরো হায়জরিবা—।

নুমিৎলৈ—(য়াদি য়ানিংলগা—য়াশিন্নদবা উৎতুনা) এঃ—ওম্মোক-ওম্মোকপা—! করি রানোদা—।

বদে—নত্তে-নত্তে শাওবিগন্নু—। ইবেম্মনা রাখল মচা অমত্তং তৌবিহুনা ঙসিগী হুমিৎতা ইবেম্মনা ভাইগী মাই ঙাকপি-ত্রবদি ভাইদি শিখিবনা শরুক চামা হেন্না ফরে—।

হুমিৎলৈ—চাননকা হেক্তা………।

বদে—চানবা নত্রবদি হৌজিক ফাগীগী মতমসু নৎতনা। বেন্না শেরা—তৌরমু হায়বা—।

হুমিৎলৈ—হায়মা—মতা অমন্নিনা—।

বদে—ঙসিদি মতা অমা তৌরবাজাৎনি—। অহুনা হায়নী হায়রোয় থংত্রবাজাৎনি—।

তোনান—য়েংঙোই হুমিৎলৈ, ঙসি ঐনা চোপ্পা ইকাইব. নংলিবা অসিসু নংগী নরা থাজরুবদগীনিদো—। অহুনা নংবু কৈদোবগে—ঐবু নংনা থম্মোই য়াওনা হুংশিত্রবসু ঐগী মাই মচা অসিতদি য়েংঙুদা —হা—নংবু— ?

হুমিৎলৈ—হোই—চুম্মী; ঐগীসু ইরালবুদি থর লৈরবনি—।

বদে—নরাল অদো কোক্লনবা য়ারো হায়বনি—।

হুমিৎলৈ—য়াব তারেদনা—!

বদে—অহুনিদনা হুপীমচা হায়বহুদি—।

তোনান—হৌজিক্তা থর হোম্পোকইদা—। ইবেম্মা হুমিৎলৈ, নংনা ঐবু অমুকহন্না পোকপিরবনি।

হুমিৎলৈ— অহুগা ঐদি চুম্না তামোখোইদা ই-পাও অমা পিগে হায়হুনা খোরকপনিদো—।

তোনান—অহুবু করি তৌরবগে—খোরকলে চৎলগা লোইরেদনা—। চৎলশি-চৎলশি—।

তুমিংলৈ—অহুদা তাঁমো; অহল-লমনদি তাকলমৱেদো—বদে—করি, চেনববু অহল-লমন তাকই হায়রবরাও—? থিদা অঙাওবীসি-লাও-লাও-চৎলশি—।

(তুমিংলৈগী খুজেং পাইহুনা চিংহুনা পুখিবা)

তোনান—আঃ অহোকপা মনু লাইবকনিদা—! অহানবা শৈহোদা মো দা রাইথুংবা তারবা—!

(কপ্‌লি কপ্‌লি তৌহুনা চৎখিবা)

---

## লাইট ওফ

### ২শুবা উৎপা

যুম (ললিতকী)

মাঙোলদা বিমলনা চেয়ারদা ফমুহুনা লাইরিক মরক্তগী ফোটো পু-থোক্‌না ফোটো অদুবু য়েংলগা হিক্ক হিক্কা কপ্পনা লৈরম্মী; মতম অসিদা প্রকাশ মপালয়োমদগী চংলকৃগা বিমলগী মতৌ অহু মুংশিনা য়েংহনা লৈ;

প্রাকাশ—বিমল—!

বিমল—কাকা! (মপি্‌ তৈথোকই; মমাগী ফোটো অহু লাইরিক মনুংদা অমুক হাপচিল্লী)

প্রকাশ—নংনা কপলিবদি করি তৌরে—? কনানা করি হায়-রবগে—? কাকাদা হায়য়ু—।

বিমল—কনানা করিসু হায়দে কাকা—।

প্রকাশ -অহুদি করিগী কপলিবা (বিমল খুমদে) থংলে —নথোয়গী ইমানা নংবু থাদোক্তুনা চংখিবসিদা নথরাই সুংঙাইত্রে-নংত্রা—। করিগী সুংঙাইত্রিবনো—নংগীদমক্তা কাকা লৈরিবসিদি—!

বিমল—ইমা লৈত্তবসিদা থরাইসু সুংঙাইতে—অহুগা··· ···।

প্রকাশ—করি তৌরবা—? (বিমল খুমদে) হায়য়ু, অহুগা কৈ-দৌবা? ননিং থুংদবা পুন্নমক কাকাদা হায়য়ু ··· ··· ··· । ও! হৌজিক্তা ভাব তারে। লৈখিদ্রবা তামো—নংগী পাবুংগী ফোটো য়েংলুবদা নপুক্কিং সুংশিহুনা কপলিবরা—? (বিমল খুমদবা) য়েংঙোই, বিমল—নং অঙাংনি অহুবু কাকা রা হায়গে—নং ঐসু মী থুদিংমক শিবা হায়বসে লমন তোন্দুনা লৈরবনি অহান অকোনদনি। লৈখিদ্রবা পাবুংগী-দমক্তা খল্লুরগসু—।

বিমল—(হিক্ক হিক্ক কপ্লুনা)কাকা! (প্রকাশতা কোনবা)

প্রকাশ—কপকসু বিমল, করিগী কপ্লিবনো; শে কপকসুনে; (বিমলগী মপি হৈংথাকপিবা)

য়েংঙোই কাকা রা হায়গে—ননিংথুংদবা হায়নিংবা কোংগাই লৈরবসু কাকাদা হেক্তা হায়য়ু;—কো—।

বিমল—উম।

প্রকাশ—অহুনিদনা—। পাক্তা ঔরাইরো। কাকা চাক-ঈশিং থোংনবা তৌরুরগে থেংথরে। (চংগে তৌবা)

বিমল -কাকা—!

প্রকাশ—করি হায়গে? হায়য়ু।

(মতম অসিদা ললিত ইমুং মনুংদগী থোরকই)

বিমল—কাকা ইমানা অসিদা লৈরিঙৈদদি হুমিৎ থুদিংগী ঐনা স্কুলদা চাক লাম্লগা চাননবা…… ।

প্রকাশ—হায়য়ু— ।

বিমল--হুমিৎ থুদিংগী চেমপাকতা ওইরবস্নু ঐগী চাননবা ইমানা খাওদা হাপ্পী—অদুবু ইমানা হেক চৎখিবদগী…… ।

(ললিতনা নুংশিদনা য়েংবা)

প্রকাশ—হুমিৎ থুদিংগী চাননবা ইমানা পি হায়বা?

বিমল—অং—কাকা ।

প্রকাশ—নংবু স্কুলদা চাক লাম্নকপরনে—?

বিমল:—অং—! অতৈ ইমান্নবশিংদি তলনচিংবা অহাও অহাওবা পুরকই। য়েংঙোয় কাকা, শ্যাম খোইদি য়াম্না ইনাক-খুল্লমালেদো মখোইগী মীনা চাক ফাওবা হাফ-টাইমদা পুরকইদো।

প্রকাশ ·(থম্মোইদা নুঙায়তবগা লোয়নন।)

উম, মখোয়দি ইনাক থুনবা মচানিনা পুরক্লমগনি।

বিমল—অদু কাকা মখোয়দি য়াম্না ফংতেবো—।

প্রকাশ—মখোয়না নংঙোন্দা করি তৌই?

বিমল—মখোয় ময়ামনা পুরক পুরকপদু পুথোক্তুনা চাবদু উবদা ঐনা পুক অসি লামহুনা চানিংহুনা মখোয়দা থঙ্কিক্তা চাগে হায়হুনা নিরুববু পিজদেদো।

(প্রকাশকী মথবাই হুঙায়তবা হেনজিল্লকপা)

অদুদগী কাকা; ঐনা পুক অসি লাম্মনগ্রহুনা ঐখোয়গী

স্কুলগী টোটিদা চংশিল্লগা পুক অসি থল্লনবা ঈশিং থকইদো।

(প্রকাশকী মমিৎতা মপি শিল্লবকই)

নোং ফাদোকস্সু ঈশিং থক্কে হায়দুনা হো-হে। চেনশিল্লুবদা ঈশিং তারমদবস্সু য়াওইদো -! অত্তুদগী কাকা, ঐনা টোটি কোনজিল অদো চিননা চুপ্পুনা থকইদো!

প্রকাশ—তোকও—বিমল, মথা তারম্মু।

বিমল—কাকা, নং কপ্লবরা—?

প্রকাশ—য়েংঙোই, বিমল, নোংমগী শোয়দনবা কাকানা নংগী চাননবা হাপ্পীগনি।

ললিত—ঐদি ড্রামানি নিংত্তুনা সুংঙাইনা ভাবোক অমা ওইরু-রেদা! (কবেম্মত্তুনা) অত্তুগা সুংশিনবা মপা মচাগী অরাবা ফোংদোক্লবা ওইরম্মেদনা।

প্রকাশ - পাবুং—।

ললিত—হিশ—। ময়াদা অমৃত কোকত্রিবা অঙাংনিনা; মথিবোং চাকলুক চাকলুক চাত্তুনা স্কুল কাব্লিবা মানা স্কুলদা চাক লাপ্পকই হায়ত্তুনা নিঙাইকাস্সু তৌবা শারিএ—! এঃ—নিংথৌগী মচানিনা—!.........লমচৎ নাইদবীগী মচা লমজা শারাসিদি—।

প্রকাশ—পাবুং!

ললিত—নামৈদি চরুনা শল্লগা পুকচেল চাওরবনি অঙাং সুংশি-রিবনি হায়ত্তুনা "নোংমগী শোয়দনবা কাকানা নংগী চাননবা হাপ্পীগনি"কা হায়বা শারিএ—। পুক-ফবা মথুড়া ইবুঙো

—ধনপতি কুবেরনিনাসিদি— ।

প্রকাশ—পাবুংগী থম্মোই অহুবু করম্বা লাইনা শারকপনো ? শারক্লিবা লাই অহুগী খুৎশেমদা পাবুংগী থম্মোইদা মীবু হুংশিবগী উফুল মরিক অমগী শরুক হাপ্পকত্রবরা— ?

ললিত—ঐবুদি মীহুংশি খংদবা শা-ওইজরগেনে। মীহুংশি খংবা ইবুঙো -শেম্নিং য়েংনা চাদিং তৌবীও। চাক চাহুনা স্কুল চৎলিবা মহাক্কীদমক করিগী খরচ অমুক তৌফম থোকপগে ? খংঙুনে ইমুং অসে য়াম্না রানা পাল্লিবনি। মীহুংশি খংবা— ইজৎলৈবা হায়বসে রাৎত-পাদবা য়াইফবা মীগী মথৌনি। লাইরবা নখোই ঐখোইগী ইথৌ নত্তেনে হায়বিরিবসিনি ঐগী রা তাদনা করিমতা খরচ তৌবা য়ারোই ।

প্রকাশ—পাবুংগী রাসিদি...... ।

ললিত—করি ! হায়যূনে -হায়যুনে— (প্রকাশ খুমদবা) (বিমলদা) হাই, অঙাং মীরুবা নংনা স্কুল চৎলমদাই থুদিংগী নং ঐগী ইনাকতা চংঙক্রমগদবনি— ঐনা চ্যাক তৌরগা চৎকদবনি। অহুগা নমা অদো লমজ্ঞাও শোরোকতা চৎপদা উনবা থোক্রবস্নু নমানি হায়হুনা হেক কৌনরবা নচিল অহু শুগাইগদবনি— । হাম্নয়ু,—কৌনগদরা ?

বিমল—কৌনরোই ।

ললিত—নমাহুনা কৌরম্রবস্নু খুমগদরা ?

বিমল—থুম্মোই— ।

ললিত—উম্— । চৎলো, স্কুল চৎত্রিঙৈদা হুকানদগী হিদাক মনম হুংশিবা খর নৈরু চৎলু। লাও; শেল

লৌরোলাও—। (বিমল চংশিল্লকপা, ললিতনা ফুরিৎখাওদগী শেল লৌথোক্লগা) শে—নয়া পয়সা ১০ গী লৈরকউ।

(পীবা) চৎলো—পরপ-পরপ লাক্কদবনি—।

(বিমল কপলি কপলি তৌড়ুনা চংখিবা ; প্রকাশনা থবাই নুংঙাই-তনা য়েংড়ুনা লৈহৌবা ; প্রকাশনা ইমুংদা চংগে তৌবা)

তারিবরা—ঙাইখো—।

প্রকাশ করি হায়গে ?

ললিত—নতৈমা সতি অদো সুকুমার উকিলগা চাননা লৌন-লৈনথরে হায়বত্ত তারবরা ?

প্রকাশ—তারে, কৈদৌরবগে ?

ললিত—(কপ্লেম্মত্তনা) করিসু তৌদে ; নতৈমাদো মরমওকপিনি সতীনি হায়ত্তনা য়াম্না থাগৎচবদাইদো !

প্রকাশ—হৌ ঙ্কনা ইতৈমাবু ঐনা অমুক হেন্না থাগৎলি।

ললিত—ঙ, নংদি থাগৎকনি !

প্রকাশ থাগৎতবদি। ইতৈমানা সুকুমার উকিলদা লৈখিবদি য়াম্না ফবা রানিনা।

ললিত নখোইগুম্বা হৌন-লোনচৎ খংদবা ঙাক্তনা য়ামশিল্লকপনা লৈপাকসিদা গৌরিয়া ধর্ম্ম মাংশিল্লক্লবনি।

প্রকাশ—ধর্ম্ম অধর্ম্ম পাপ-পুন্যগী রা করিসু লৈতে। মুঙাইগে হায়না পোকপা মীওইবা পুন্সিদা রানা হিংত্নুা লৈগদবগী শরুকপুদি ঐগী-ঐগী মুঙাইননবা লম্বী খিবনা ঐখোইগী তৌফম থোকপা কর্ম্মনি। কর্ম্মনবু ফরবদি ধর্ম্মসু লৈরক্কনি পাপসু কোকখিগনি—পুন্যসু চেল্লকনি। ইতৈমনা মপুন্সি হিংননবা

সুকুমার উকিলদা ময়ুম পানগ্রিবসি মাগী তৌফম খোকপা কর্ম্মনি। ঐদি ইতৈমবু Full support তৌবি ।

(চৎখিবা)

ললিত—পালহৈদ্রেদনা সংসারসিদি ।

---

লাইট ওফ

# অশুবা উৎপা

## য়ুম (সুকুমাবগী)

মপালগী অতোপ্পা মী লাক্লগা কম্লনবা কানি . সুকুমাব যকন্দাংদা থেৎলিবা মাগী লৈখিদ্রবী নিপো কল্যানিগী ফোটো য়েংলদুনা লৈরম্মী।

সুকুমার—কল্যানি, নহাক তাববরা—ঐহাক হৌজিক অতোপ্পা নিপী অমগী নিপা ওইরে। নংগী হাংলবা মকম অদো ঙসি বিমলানা মেল্লরে।

(মতম অসিদা বদে চংলকই ; সুকুমারগী মতৌ অদু য়েংদুনা লৈ)

অদুবু মসিমদি থংঙু, কল্যানি—ঙসি বিমলানা নংগী নহুৎ শিল্লরবস্ু ঐনা নংবু মতম পুম্বদা কাওবা নংতে নং ঐবু শাওগন্নুকো কল্যানি। পাম্বৈ লৈজত্রবী, রারবী নঙুং

নমান্নবী অমগীদমক্তা ঐগী রাশক কায়বনি।

বদে—বাবু—!

সুকুমার—ঐ অসি নংগী নফমদা লাল্লবনি। অত্থবু নশুং নমান্নবী লাইবকথিবী বিমলাগীদমক্তা খন্দনা নংনা ঐগী ইরাল ঙাকউ।

বদে বাবু—! (সুকুমার যেংথোরকই)

লৈখিদ্রবী ইবেম্মা কল্যানিগীদমক্তা পুক্লিংবু অত্থম্মা অরাবা পিরগা করি কান্নগদগে? অত্থগী শরুকপুদি ইবেম্মা বিমলাগা লোয়ননা সুঙায়না লেনবা ঙম্নবা পুক্লিং অত্থ ফাবিয়ু।

সুকুমার—(হায়ফেৎ সুংঙায়তবা মীনোক নোক্লগা)

বদে, নংনদি অত্থম্মা হায়রিবা—! অত্থবু বিমলানদি ঐবু সুঙাইহনবা ঙমদ্রে। হায়বদি নোংমতম্মু মাগী মচিনবানদা নোকপা উদে। মতম চুপ্পদা অচিকপা মফম থিত্থনা চিন্তা তৌবনা মাগী মথৌ ওইরি। বদে, ঐনা অস্সুম খনবদা মহাক্না ঐগীসিদা লৈবসি মপুক্লিং কয়া খোয়দাদমাল্লে।

বদে - করম্মা খোয়দাগনি। বাবুনদি লৈখিদ্রবী ইবেম্মা কল্যানিগী রাখল কাওবা ঙমদবদো ইবেম্মা বিমলানা উবা ফংঙি।

সুকুমার—অত্থদি ঐগী ইরাল ওইবা তারিবরা?

(মতমসিদা বিমলা চংলকই)

বদে—বাবুনা লানবা চুম্বগী রা ঐনা লেপচবা নংতে। ঐগী রাখলদা লৈজবত্থ হায়জবতনি।

বিমলা—তা—বদে—!

বদে—ইবেম্মা—!

বিমলা—মপালদা বাবুবু উনবা মী খর লাক্লিমাল্লে—ক্ষিদা খর থাবিয়ু।

বদে ফনি। (চৎকে ভোবা)

সুকুমার—বদে—!

বদে—বাবু—।

সুকুমার—এ কোর্ট চৎপা মতম ওইরে। লাক্লিবা মীশিং অদো হোরেল সন্ধ্যাদরা-নৎত্রগা হয়েং অয়ুকলা করিনো লাকই হাযয়ু।

বদে—ফনি—।

সুকুমার—মীগী—মপুক নাদনবা নিংথিনা হায়খো।

বদে—ফগনি—। (থোকখিব')

সুকুমার—বিমলা—!

বিমলা—করি—ওইরবনো?

সুকুমার—নহাক্না ঐগীদা থা ১/২ লৈরকপসিদা ঙসি ফাওবদা নংগী মায়থোংদা হরাওবা মুঙায়বা উদে। নহাক্কী করি পেন্দবা-ননিং থু দবা লৈবগে?

বিমলা—পেন্দবা নিংবা থুংদবা করিস্থু লৈতেদা! চানিংবতা চারি শেৎনিংবতা শেৎলি। থোংকাপ অমত্তং চৎথোক-পদা হরা-কাড়না চৎলি।

সুকুমার—নৎত্তে বিমলা মতু ভারগা ঐনা পেনগদবা নৎতে। নংগী ননিং থুংদবা পেন্দবা অমা লৈরি হায়বসি নংগী নওং নত্তৌ অমদি মায়থোংনা উৎলি।

বিমলা—মদো ইবুঙোগী অরানবা রাখলনি। ঐগী হৌজিক ওইরিবা পুন্সিসিদা করি অপাম্বা পেন্দবা লৈখিগদগে মরমদি মীনা হন্মনা য়েংবিরম্বী লৈখা তারবী ঐ অসি হৌজিক্তি নংগী মূপী ওইরবনিনা মীনা ব্যবহার তৌবীরে ইজৎ থম্বীরে। অসি মঙাইদনা মীওইনা পোকপগী মুঙাইবা হায়বদো।

সুকুমার—মদো মীওইবগী রাইহেনি —। অদুবু নংগী নশাদা মুঙাইতবা রাখল অমদি মতম চুপ্পদা লোইনবা উই। বিমলা নপুক্লিংদা রা থুপকমু শেংনা হায়য়ু ঐঙোন্দা নংনা মুঙাইত্রিবদো করিনো?

বিমলা -ঐনা হায়জ্জরিবসে তশেংবনি ঐ ইশাগীদমক্তদি করিসু মুঙাইতবা লৈজদে অদুগা… … …।

সুকুমার - অদুগা কৈদৌবা? হায়য়ু বিমলা —।

বিমলা—মহাক অহ্নগীদমক্তা থম্লুবদা মাগী রাখলনা ঐবু মুঙাইহন্দবা ঙমলি।

সুকুমার—কনাগী রাখল?

বিমলা—কনাগী ওইগনি লাইবকথিবী ঐগী পুন্সিগী অরাবা থুরো ওইরিবা মরাইবকথিবা ইচাদুগী রাখলনি —।

সুকুমার—অঙাংদুগীমক্তরা?

বিমলা—মানি; মমা ঐমক্তা মনাক্তমাবু কোন্দুনা লৈরিবমক্তদসু মীনা ফুবী চৈবিবতনা মপুম থিংলবা ইচানি।

মমা ঐনা মাবু থাদোক্তুনা লাক্লবসিদা য়ুমদুদা মানা করম্না লৈরমগদগে থম্লুবদা পুক্লিং অসি লৈতাবা ঙমদে।

সুকুমার—মত্থুরা বিমলা—। নচাত্থুগীদমক্তা নথরাই অত্থু য়োনা সুঙাইত্রবদি মাবু অসিদা পুরক্তুনা ননাক্তা লৈহনবা য়াত্রা ?

বিমলা—(হয়াওনা) মহাকপু অসিদা, ইনাক্তা লৈহনবা !

সুকুমার—করি অকায়বা লৈবগে— ?

বিমলা—ঐনা পুকচেল্ পিকপী অমা ওইরুবনা নহাক্না অত্থুনা পুকচেল চাওরমগনি খংদবনা নহানমথৈ মহাক্কী না অসি হোদোকচবা ঙমদহনা লৈরম্নবনি। অত্থুদি অঙাং অত্থু লৌ-জরুরগে।

সুকুমার—মাত্থুদা নঙোম্দা থিংলগদবা কনানো ?

বিমলা—অত্থুদা লৌরুরগা অঙাং অত্থুবু ইবুঙোনা সুংশিবীত্রবদি লুনা চান্না তৌবীত্রবদি··· ··· ··· ··· ।

সুকুমার—করিনো বিমলা নংগী নাদো, নংগী নচাদি ঐগী ইচা নৎত্রা ?

বিমলা—(হয়াওনা) ইবুঙো— ।

সুকুমার—বিমলা ঐ নংগী নপুরোইবনি। নংনা পোকপা অঙাংদো ঐগী ইচানি। চৎলো সুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা অঙাং অত্থু লৌবিরু। অত্থুগা য়েংঙোই বিমলা, অঙাংত্থুনা সিদা লাক্লগা ঐখোই অনিগী মরক্তা অঙাং অত্থুবু কনানা লুনা চান্না তৌবা হেনবগে হায়বত্থু য়েংনসি।

বিমলা—হোৌজিক্না ঐনা হায়জগনি ঐঙোম্দগী ইবুঙোনা হেনবা ওইবিয়ু। মত্থুনা ইচাগী অফবনি।

সুকুমার—মরম্দি— ?

বিমলা—মরমদি ঐদি মমানি।

সুকুমার—হ…হ…হ…বিমলা ঐ কোর্ট থেংগ্ররে। চৎলগে।

বিমলা—হনি।

সুকুমার—অত্তদি ভসিদগী সুভাইতবা রাখল কাওগ্রোকো।

বিমলা—(নোকফেং ভোঙ্গুনা) হোয়।

সুকুমার—ঐ চৎলে। (চৎখিবা, বিমল হন্নাওন য়েংঙ্গুন লৈহৌই)

---

লাইট ওফ

## ৪শুবা উৎপা

### স্কুলগী থোংগাল

থোংগালদা Boys Junior High School হায়না নেম্ প্লেত থাম্নি; থোংগাল মপালদা টোটি অমসু য়ুংলি, মপাল-রোমদগী বিমলা মখুৎতা টিফিন কেরিয়ার অমা পায়দুনা চৎলকই স্কুলগী থোংগালরোমদা লাংতকুনা য়েংলি; মতম অসিদা স্কুলগী কাংশি য়ৈবগী মখোল তায়। নবিন চংলকই;

নবিন—ইবেম্মা কার মমাই ওম্মোকচরগে।

বিমলা—ফরে। (থোংগালরোমদা য়েংঙি)

নবিন—ইবেম্মগী অঙাংহুবু লৈবা উবিরবরা?

বিমলা—য়েংলিবসিনি। নবিন! তারিবরা? য়েংঙোই আদা স্কুলগী ফকলাংদা ভাহুনা লেপ্লিবা নিপামচা অসি উরবরা?

নবিন—কদাইদা ওইরবনো ?

বিমলা—মমাই মথা ওন্দুনা নাইতোম লেপ্লিবসে।

নবিন—উরে-উরে ইবেম্মা ; মকোক মরু ইকা কারহ্না লেপ্লিবা অসিরা ?

বিমলা—মানি অমুক্তা কোরু। চৎলো নবিন অঙাং ময়াম মরক্তা চংগ্রে অমুক থিবা য়াররনি ঐ কার মনুংদা ফমহ্না লৈরমগে চৎলো।

নবিন—ফনি। (থোংগাল মনুংলোমদা চংখিবা) বিমলানা মপাল-রোমদা চৎখিবা ওহাক লৈরগ বিমল মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লহ্না মতুং হন্না হন্না থোরকই।

বিমল—থংগনি মখোইগী অচ-পোৎ চাগে য়াদবা।

(চংশিল্লক্লুনা টোটি ঈশিং থকই। মতম অসিদা বিমলা চংলক্লই লুকথহ্না ঈশিং থকলিবা বিমলবু চিংনা য়েংহ্না লৈ ; বিমলানা ঈশিং থকপা লোয়রগা ফুরিত মচিনা মচিল তৈথোক তৈথোক্লা য়েংথোরকপদা বিমলা থংবা)

বিমলা—বিমল! (বিমলনা য়েংথোরকপদা মমা ওইরম্বা) বিমল!

বিমল—ইমা! (মমাগী মনাক্তা চংঙক্তে হায়না থম চংশিল্লক্লগা চপ লেপ্পা)

বিমলা—কৈদোরে লেপ্লবদি ? লাও ইমাগী নাক্তা।

বিমল—(মতুং হন্না হন্না) নত্তে নত্তে হোরেল ইথোনা ফুগনি।

বিমলা (চংশিল্লকপগা লোয়নননা) করিগী ?

বিমল—নংগা কৌনৈ হায়হ্না—।

বিমলা—(চংশিল্লক্লুনা বিমলগী খুদাং পায়বগা মিৎতদী পিগী ইন্না

হৌরগা নোকশিনদুনা) বিমল, রমা ঐগা নংগা কোনাখোৎনবা অসি নধৌনদি উদেদনা !

বিমল—অছু ওইরবস্থু। করিগুম্বা ইধৌনা উপ্রবদি ?

বিমলা—উরোই ; করিমত্তা কিগনু। য়েংঙোই, কম্ফু ইমা রা হায়গে—। (লৈত্তোং অমদা বিমলবু ফমহল্লগা) নংনা টৌটি ঈশিং থকলিবা করিগীনো ?—

বিমল—লায়বাবুদি—।

বিমলা—স্কুলদা চাক লামলগা চান্নবা নংগী কাকানা অমদি ইধৌনা করিমত্তা হাপ্পিব্রা ?—

বিমল—ইমা নংনা লৈরীভৈদদি চেম্পাক ওইরবস্থু মুরি ওইরবস্থু হুমিং খুদিংগী ঐগী থাওদা হাপ্পিবদাইদো। —নং লৈত-ভৈদগীদি হাপ্পীদরে। কাকানা হাপ্পীগে ত্তোরবস্থু ইধৌনা চৈহনা......... ।

বিমলা—ত্তোকও মথা তারগনু—বিমল। নংগী চান্নবা ইমানা অহাও অহাওবা পুরক্লি—।

বিমল—কদাই ইমা—!

বিমলা—পুথোরক্কে য়েংঙু। (টিফিন কেরিয়ার মথুম হাংদোকপদা অথুম অহাও উবদা বিমলনা মতিন য়োৎপা)

বিমল—ইমা, কদাইগীনো—।

বিমলা—(অথুম্বা পোৎ অমা লৌরগা) শে হাওবরা য়েংঙু। [বিমলগী ময়াদ ইনবীবা।]

বিমল—হাওগ্রেবো ইমা—। (চাবা)

বিমলা—বিমল, নং ঐগা চৎলসি—।

বিমল — কদাইদা ?

বিমলা—ঐগী য়ুমদা ।

বিমল—নংগী য়ুমবু কদাইদা লৈবগে ?

বিমলা—আদ লৈ— । হায়য়ু—চৎশিকো — ?

বিমল—হুম চৎলোই । হোয়েন থেংনা স্কুলদা হনজিনগ্রবদি ওঝানা ফুগনি — ।

বিমলা—নং অমুক লাক্লরোইদবনে— ।

বিমল—স্কুল কাবা তোক্লবা — ।

বিমলা — করীগী তোকদগে ইচাশিদি । ফজ ফজবা ফিরোল শেৎতুনা ফজবা স্কুলদা ইমানা নংবু তমহনগনি । কো চৎলশিকো— ?

বিমল—অত্থু ইমা, ঐগী লাইরিকতি লৈহোরে । লাইরিক লোথোকপা চংবদা ওঝানা অমুক ঐবু চৎহনদ্রবদি — ।

বিমলা—অত্থুদি চংথরসু । ইমানা লোইনা অনৌ অনৌবা লাইরিক লৈবীগনি । লাও চৎলসি — ।

(বিমল থয় চায়গা)

বিমল—ওক্লে ইমা পুক অসি পোকথাইরে-- ।

বিমলা—(নুংশিনা নোকচনা) ওক্লে হায়বা ! করে করে । (টিফিন কেরিয়ার লোইশিনবা) ইমাগা চৎলশিকো । আদগী হয়া কার অসিদা তোংহুনা চৎকদবনি— ।

বিমল—[হবানা] নংগীরা ইমা — ।

বিমলা—মানিনে — ! চৎলশি— !

বিমল—(করিগুম্বা অমা নিংশিংঙক্তুনা) ইমা, ঙহাক্ত লৈরম্মু—ঐ য়াম্না থুনা লাক্নে (চৎপা হৌবা)

বিমলা—বিমল, কদাইদনো অমুক ?

বিমল—থুনা লাক্নে। [চেনখিবা]

বিমলা—নবিন হায়বত্থুনা অঙাং খিবা চৎপ্রগা মানা কৈদৌপ্রবা। (লাংভক্লনা ঙাইথুনা লৈবা নবিন থোরকই)

নবিন—ইবেম্মা, মকম খংদ্রেবে —।

বিমলা—(নোকফেৎ তৌথুনা) খংদ্রে হায়বা—।

নবিন—ইবেম্মা, খিবা হৌনবামখৈ খিজরক্লে—।

বিমলা—করে করে। নং কারদা লৈরম্মো—।

অত্থগা শে টিফিন কেরিয়ার অসি পাইশিনখরো। (নবিনদা পিবা)

নবিন—অত্থুদি ঐ আদ লৈজরম্লগে।

(চৎখিবা, বিমল লাইরিক অমা পায়থুনা থোংগাল মমুংদগী চেম্বোরকপা মখুৎতগী লাইরিক তাবা লাইরিক মরক্তগী ফোটো অমা তারকপা বিমলনা লাইরিক্তা ফোটোগা থুনগৎলগা উফুল মাইফুল কনথোকপা) করি তৌরে বিমল—।

বিমল—করিসু তৌদে ইমা। (ফোটো অদো লাইরিক মরক্তা হাপচিনবা]

বিমলা—করিনো অত্থুদে ?

বিমল—করিসু নংত্তে ইমা—।

বিমলা—চৎলসি—লাও—।

(বিমলগী খুজেং পাইথুনা চৎমীম্নখিবা)

---

লাইট ওফ

# ৫শুবা ভৃংপা

## য়ুম (সুকুমারগী)

ইমুংগী সুকুমারগী কানি কমুং অমসু থাডুনা লৈ; তেবীল মথক্তা রেডিও লৈ; তেবীল অমগী মথক্তা লাইব্রিক লাইরু থরসু লৈ; চেয়ার অনি অহমসু লৈ; মফম ইশৈ মতেক মতেক ওংলহুনা পোংচৈ নাম্বোক খোংতোকক্লুনা লৈরম্মী। কমুংগী খুমাদা ফকলাংদা ডবলবেরেল পোংমৈ অমসু Cover য়াওনা য়াম্নুনা লৈরি; মতম অসিদা সুকুমার চংলকই;

সুকুমার—বদে।

বদে—বাবু! [সুকুমার আর্ম চেয়ার অমদা তাথহুনা পোংথাই]

করি তাকপিগদবা ?

সুকুমার—চংলু বিমলাদা চা কপ অমত্তং শেম্মকউ হায়রু।

বদে—ঐ শেমজরুগে।

সুকুমার—করিগীনো ?

বদে—ইবেম্মদি লৈতে।

সুকুমার—কদায়দা চংখ্রিবা ?

বদে—খংদে; ড্রাইভর নবিনগা কার তোংহুনা চংখি।

সুকুমার—নঙোন্দা করিমত্তা হায়রমদ্রা ?

বদে—হায়রমদে।

সুকুমার—চংলো চা কপ অমতং থকে।

বদে—কনি। (চংখিবা)

(সুকুমার ফুরিংখাওদগী চুরুট লৌথোক্লনা থকই ; রেডিও খোংহুনা ইশৈ অমুক তাই ; হংগৎ হন্দা অমুক চৎলি ; অহুদগী মপালয়োমদা য়েংলুরগা চপ লেপ্পুনা হয়াওনা য়েংহুনা লৈ ; ঙহাক লৈরগা বিমলানা মথুং শমহুনা বিমলগা চংলকই)

সুকুমার—অঙাং লৌরুরবোইরে।

বিমলা—লৌজরুরে।

সুকুমার—হৌজিক্তি ননিং থুংলেদনা বিমলা?

বিমলা—হোয়, পুক্নিং লৈতানা লৈবা ঙমলগনি।

সুকুমার—মাগী মথৌ অমদি মথুরানা করিস্থু থোইদোকপা হায়রক্তেদনা?

বিমলা—কনা অমতা থংহৌদে।

সুকুমার—য়ুমদা কনামতা লৈরমদরনে?

বিমলা—য়ুমদগী নত্তে।

সুকুমার—অহুদি...... ।

বিমলা—স্কুলদগী লাকমিন্নরক্লবনি।

সুকুমার—কনামতা থংদনা লোম্না পুরক্লবা?

বিমলা—মন্থদা তারে।

সুকুমার—ই-পাও অমদি পিগ্রবরা?

বিমলা—পিখিদ্রি।

সুকুমার—অহুদি হৌনবরদো বিমলা?

বিমলা—হয়েং থংহল্লুবস্থু য়াবহুবু।

সুকুমার—হুংশাথিনরম্মোইদরা? নত্তে হৌজিকমক নংনা চৎতুনা

অঙাং অহু ড্রৈগী ইনাক্তা থমলে হায়না খংহন্নুচো। ড্রাইভর চংপ্রবরা?

বিমলা—ঐদি য়ুমদা চংবা ঙমলোই।

সুকুমার—অহু ওইরগা নংনা চিঠী অমা ইউ অহুগা ড্রাইভর থাহনা থিলহন্নুচো। (চে কলম পিরগা) ইরো-ইরো হৌজিকমক খংহন্নুরবদি ঐখোয়বু মখোয়না হৌনবা খংদবা হায়খিগনি।

(বিমলাবা চে কলম পায়দুনা চিঠি ইবা)

নবিন! নবিন।

নবিন—(মপালদগী) লাকচরে—বাবু।

সুকুমার—খর থুনা লাও—। লোইরবরা বিমলা?

(নবিন চংলক্লুনা লেপ্লুনা লৈ)

য়েংঙোই নবিন নং কার তোংদুনা চিঠি অমঙং য়ুম অমদা পিরুবা তারে।

নবিন—কদায়দা ওইরবনো?

বিমলা—(চিঠি খুপচিল্লগা) অঙাং অসি পূরকপগী মরমদনি!

নবিন—ও খংজরে।

বিমলা—প্রকাশতরা মখোয়গী ইথৌদরা উনবা মী অমদা হেক্তা পিরম্মু য়াগনি। য়ুমদি খংঙেদবা।

নবিন—খংজরে।

বিমলা—শে (নবিনদা চিঠি পিবা) চৎলো।

সুকুমার—করিগুম্বা—নঙোন্দা হংলকপা থোক্লবসু নিংথিনা কনবা অদুম হায়রম্মু।

নবিন—কনি। (চৎথিবা; মতম অসিদা বদেনা চা পুথোরকই; ভৌথিবা মচৌ অহু উবদা হরাওই; টেবীলদা চা থমরগা)

বদে—ইবেম্মসু চা কামগদরা ?

বিমলা—তৌরুরম্ব।

সুকুমার—Boy; চা থকনিংবরা ? (বিমল খুমদে)(চা কপ পাররগা) শে থকউসে।

বিমল—থকনিংদে।

বিমলা—থকউদনা।

বিমল—মীনা থকনিংদে হায়রগা। ইমা য়ুম অসি কনাগীনো ?

বিমলা—করিগীনো ঐথোয়গীনে।

বিমল—ঐথোয়গী ! (কোয়েং য়েংবা)

সুকুমার—নংগী য়ুমনে। (বিমলবু পম্নগা) অসিদা লৈরিবা রেডিও—অসিদা য়াল্লিবা নোংমৈ অসিদা থেৎলিবা ফজবা পাইশিং, পুম্নমক নংগী ভাক্তনি।

বিমল—নংদি কনানো ?

সুকুমার—ঐবু ! (বিমলাদা য়েংবা বিমলা মমাই শুকথবা)

বিমল—ইমা, ঐবু পমলিবা মহাক অসি কনানো ? (বিমলা খুম্বা ভমদে) হায়ও—ইমা। (সুকুমার য়াম্না নিংবা কাইবা মওংদা বিমলবু লৈবাক্তা থম্মী) হায়ও ইমা মহাক অসি কনানো ? ঐথোয়গা করি থোক্লবগে ?

সুকুমার—Boy, ঐগা নথোয়গা করিমত্তা থোক্লদে।

বিমল—অদুদি নংনা ঐবু পমলিবা করিগীনো ?

সুকুমার—নংবু মুংশিবদগী।

বিমল—নংগী নয়ুম কদায়দনো ?

(সুকুমার থুক্ষম্ থংদরে বিমলাসু লৈক্ম থংদরে)

থুমদ্রিবা করিগীনো ?

সুকুমার—ঐগী য়ুম মসিদনি।

বিমল—করি—! মসিদি ইমানা মাগী য়ুমনি হায়। —হায়কো ইমা— ?

সুকুমার—চুম্মী নংগী নমাগীনি।

বিমল—অহুগা করিগী নংগীনি হায়রিবা ?

সুকুমার—ঐসু য়ুম্মসিদা লৈবা মী অমনি।

বিমল—নয়ুমসু নৎতনা করিগী ? চৎখরো লৈবা য়াদে।

বিমলা বিমল !

বিমল—ইমা, মাবু তাম্মোকখো।

বিমলা - য়ুমসিদা ঐখোয় পুল্লপ লৈমীন্নগদবনি।

বিমল করিগী ?

সুকুমার —Boy, ঐ অসি নংবু ঙাকশেন্নবা য়ুমসিদা লৈগদৌরিবনি।

বিমল—ঐ পামদে—নং চৎখরো।

বদে—(চংশিল্লকতুনা বিমলবু পল্লগা)

লাও—ইবুঙো—মিঠাই চারুশি (চৎপা হৌবা)

বিমল—ইমা, মাবু তাম্মোকখো।

(বদেনা বিমলবু পুহুনা চৎখিবা)

বিমলা—(চংশিল্লকতুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লুনা সুকুমারগী মথবাকতা মকোকনা ঙাথরগা)

অপংবা—জান য়াওব্রিবা অঙাংনি—মাগী মরাল ঙাকপিয়ু।

সুকুমার—মদো ঐস্নু থংঙি বিমলা।

---

নাইট ওক

# ৬শুবা উৎপা

যুম (ললিতকী)

(মাঙ্গোলদা ললিত হিদাক থকুনা লৈরম্মী—প্রকাশ মপাল-রোমদগী চংলকই)

প্রকাশ—পাবুং—!

ললিত—করিনো?

প্রকাশ—বিমলবু স্কুলদগী যুমদা হল্লক্লবরা?

ললিত—করিনো মসিনা ঙাংলিবসিবো? হৌজিকপু স্কুল ছুটি থাবা মতমলানে?

প্রকাশ—নত্তে—মদো ঐস্নু থংঙি।

ললিত—অদুদি করিগী হংলিবা?

প্রকাশ—মখোয়গী স্কুলদা চৎলুবদা মহাক্তি লৈহোদরে। মমাম্ববাশিংদা হংবদা লাকতি লাক্লম্মী—অদুবু হাপতগী হনজিল্লক্তরে হায়।

ললিত—মরমওকপা হেনগৎলক্লিবনিদনা।

প্রকাশ—অস্নুন্না তৌবা বিমল নৎতে। মহাক্না চৎথ্রিবসি কদায়-দনো।

ললিত—নংদি করি মরমগী স্কুলদা চৎলুরিবা ?

প্রকাশ—মহাক্কী চান-থক্লবা খরদং পিবীগে হায়দুন চৎলুবা।

ললিত—বা! বাবু নিনাসিদি—!

প্রকাশ—ঙসি ফাওবদা পাবুংগী মফমদগী পিক্লিবা অঙাং বিমলবু হুংশিবিবা চানবিবা রাহৈ অমত্তা তাবা ফংদে! করিগীনো পাবুং ? করিসু থংজদবা অঙাং অসিগী মরাল করিনো ?

ললিত—মাগী মরাল হায়ববু মহাক্না তাইবংপালসিদা হিংদুনা লৈরিবসিনি। মহাক্না ঐগী অম্নিংবা লম্বীদা থুরৌ ওইনা লৈররি !

প্রকাশ—করিনো—পাবুংগী রাসিদি।

ললিত—অচুম্বনি—প্রকাশ নংনদি বিমলগীদমক্তা নপুক্লিং অদো তয়াং তশোইরি। ঐদি মহাকপু ঈশিংদা তাত্তনা শিরম্বা লাই থুরমলিবনি।

প্রকাশ—হোয় পুকচেলগা রাহৈগা মান্নফম থোকই পাবুংবু শেম্বীরকপা লাই অদো অফবা লাইদি ওইরম্মরোই—উমং লাইকা ওইরমগনি।

(মতম অসিদা নবীন চংলকই)

নবীন—করিগুম্বা অমত্তা...... ?

প্রকাশ—নবীন ভাই, করি থবক্কীনো ?

নবীন—[ফুরিৎ খাওদগী চিঠি লৌথোক্লগা]

চিঠি অসি অমুক্তা...... (পিবা)

প্রকাশ—(চিঠি লৌনা লৌনা) কনানা পিরকপনো ?
নবীন—পাবিরগা খংগনি। ঐ চৎচরগে।
প্রকাশ—ফনি। (নবীন চৎখিবা—প্রকাশ তুমিন্না চিঠি পাবা)
ললিত—কনানা পিরকপা চিঠিনো ?
(প্রকাশ খুমদে ; মায়থোংদা নুংঙায়বা উই)
কনানা পিরকপনো হায়বা ?
প্রকাশ—ঐখোয়গী ইতৈমা বিমলানা পিরকপনি।
ললিত—করি, লমচৎ নাইদবিত্নুনা পিরকপা ! করি হায়রক্নি-বনো— ?
প্রকাশ—পাবুংগী নিংবা থুংলে।
ললিত—করি হায়বা ?
প্রকাশ—বিমলগীদমক্তা রাবিরুগন্থ মহাক ইতৈমগী মনাক্তা লৈরে হায়না ইতৈমনা চিঠিদা হায়রক্নি।
ললিত—ও ! মমাগী মনাক্তা লৈগ্রবা ! করেদা। অমুক খংহল্লক-ত্রবস্থ য়ারদ্বুবু।
প্রকাশ—হোয়, মীওইবগী লোনচৎ চৎতবা পাবুংদি অত্নুম হায়গনি। অত্নুবু ইতৈমনা খংহল্লকইবসিদি মীওইবগী লোনচৎনি।
ললিত—হোয়—হোয়। ঐদি মীওইবগী লোনচৎ চৎতবা মী অমনি—অত্নুবু নংগীদমক্তনি খংঙু।
প্রকাশ—করি হায়বা ?
ললিত—নতৈমত্নুনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবা হুমিৎতুদা ঐনা মচাবু খামহৌবদি মীগী মমাংদা ফজদে হায়ত্নুনা তাৎ-তৌশিন্নবনি ! মমাগী মতুং ইনখিবা লাই থুরুমত্নুনা

লৈরিবনি। নখোয় পুন্নমক্লা ঐবু কৎতে পুকচেল কল্লি হায়রিবদো নংগীদমক্তা ঐনা কৎতবা পুকচেল কনবা মীশক অমা ওইরিবনি।

প্রকাশ—ঐগীদমক্তা ?

ললিত—মানি—নংগীদমক্তনি প্রকাশ! থংঙু, ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা সম্পত্তি পুন্নমক অসে লৈখিদ্রবা ঐগী ইয়াম্বা হায়বদি বিমলগী মখোগী ঙাক্তনি।

প্রকাশ—করি, লৈখিদ্রবা তামোবু পোকপা ইপল অহুগী সম্পত্তি-ঙাক্তনি হায়বা!

ললিত—মানি; অহুনা হৌজিক্তি বিমলস্থ মমাগী মনাক্তা লৈদ্রব-নিনা সম্পত্তি সিদা য়েৎপিরনবা জীব অমত্তা লৈত্রবনি। পুন্নমক অসে নংগী ঙাক্তা ওইহৌরগদবনি। মসিদা খোক্লবা ইপানা শিল্লিবনি।

প্রকাশ—মহুদা ঐনা হরাওগনি থনবিবরা ?

ললিত—মহুদা হরাওবা সুংঙাইবা ঙমদ্রবদি নংদি মী নৎতেদনা।

প্রকাশ—মীগী মরলনা মপু শানিংবা মীনম শোরিহুনা মীগী মরলবু ইরল ওইনবা হোৎনবা—মদো মী মচাগী থবক্নি।

ললিত—এঃ—।

প্রকাশ—পুল্লি অসি সুঙায়গনি হায়রবস্থ অসিগুম্বা নমথাক তৌহুনা লোবা সম্পত্তি অসিগী শিংহুম অমগী মানগী মপু ওইবা ঐ পামদে।

ললিত—ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনিনা সিদি।

প্রকাশ—অঙাংনি করিস্থ থংঙোই—করিস্থ আপত্তি তৌবা

ওম্ম্রক্লরোই হায়্তুনা মরাইবকথিরবা ইচা বিমলগী মরলবু ঐনা লৌবা। মদো ঐদি ঙমলোই।

ললিত—নংনা লৌনিংত্রবসু লৌবিনবা ঐ লৈরি। করিসু রাবিক্লগনু। হয়েংমক চৎতুনা উকিলগা তান্নরগা সম্পত্তি পুন্নমক ঐগী নামাদা ওম্মোকলুরগদ্রবনি।

প্রকাশ—হোয় হোয় থবক অতুতা পান্নথৎলবা হোৎনবিয়ু। অতুগা তুংদা করি থোক্লকদগে মতুসু খনবিয়ু।

ললিত কনানা করি তৌজরগদৌরিবা ?

প্রকাশ—থরাইমক চৎত্রবসু মীগী মরল লৌনম তৌতুনা লৌগে হোৎনরুবগী চোপ্পা ইকায়বা নংগদৌরিবা।

ললিত—কনাগী মতিক লৈতুনা ?

প্রকাশ ইতৈমনা হৌজিক লৈরিবা নিপা অদো অচম্বা মীওই নৎতে। মমিং চৎলবা উকিল সুকুমার হায়বতুনি মতু খংবিয়ু।

ললিত—কনানা ই-পাও অসি মখোয়দা য়ৌরুহনা মখোয়না করম্না খংবা ঙমগদৌরিবা ?

প্রকাশ—অতৈনা নত্তে থুরক্কী ঈনা।

ললিত—কনানা ?

প্রকাশ—ঐনা।

ললিত—মপাগী ফৎতনবা মচানা শিনগদৌরিবা !

প্রকাশ—ফৎতনবা নৎতে। পাপকী লম্বীদা চৎতুনা নরক তাগদৌরিবা মপা-মমাবু অচুম্বা লম্বীদা পুশিল্লকবা হোৎনতুনা স্বর্গ কাবা ঙমননবা হোৎনবদি মচাশী মথৌনি।

ললিত—প্রকাশ !

প্রকাশ—ঐগীদি হায়জরিবসিদি ঐবু দোষ তৌবিগন্নু। নমথাক পামদবা অচুম্বা চৎপা পাম্বা নচানি। (চৎখিবা)

ললিত—অচ্চা মাগীদমক্তা হোৎনরুবগী করি মমল লৈরি। কৈ; মহাক্না পাম্বা লম্বীদা মতুং ইনবিরগা লোইরে। মপুঙ্গি অসি নংবনা মনঙ্গল পায়ন্থনা কপ্পুনা লেনজরশন্নু।

---

লাইট ওফ

# ৭শুবা উৎপা

## য়ুম (সুকুমারগী)

(বিমলাগী কানি; টেবীল চেয়ার লৈ; লাপতক্না টেবীল অমগী মথক্তা বিমলাগী ফোটো লৈরি; ইমুংগী লৈতেং চপ্‌ চানা লৈরি; লিগী চৌক্রী অমদা ফমন্থনা বিমলা মোজা লোন্দুনা লৈরম্মী। অতুদগী হোগৎলগা চেনা য়োম্বা ময়োম অমদগী সুকুমারগী ফ্রেম চনবা কোটো লৌথোক্লগা মাগী ফোটো মনাক্তা থম্মী; অতুদগী ফমন্থনা মোজা অমুক লোন্নি।)

বিমলা--বিমল! তারিবরা ইবুঙো?

বিমল—(মনুংদগী) তারে।

বিমলা—নংবু করি তৌরিবগে? লাইরিক লাইশুকাদি করিমত্তা

ভৌররোইদরা ? হা—নে ?

বিমল—(মনুংদগী) লাকএ—লাকএ।

বিললা—লাও—পডাকাদো তাকপিগে।

(বিমল হো—হো—লাকতুনা চেয়ারদা ফম্মী)

বিমল—ইমা, অতৈদি লোইনা ফারে ইংলিশ অসি থর কাফ.ৎত্রি তাকপিয়ুকো ইমা।

(বিমলা রোমদা য়েংঙকপা সুকুমারগী ফোটো উবা)

বিমলা—হোয়নে—হোয়নে পারোনে। মোজা অত্তুম লোল্লি।

(বিমল ফম্মম্বদগী হৌগৎলগা সুকুমারগী ফোটো মনাকতা চংশিল্লকতুনা ফোটোদা খুদোম্বী থীন্দুনা)

বিমল—ইমা ইমা!

বিমলা—(মোজা লোন্না লোন্না) পারো তাকপিরগে।

বিমল—মসি অসিদা থম্মীবা করিগীনো ?

বিমলা—করিবুনো ? (য়েংখৎলকপা)

বিমল—মসে। (সুকুমারগী ফোটো অদু লৈবাকতা লংথবা ফোটো ফ্রেমগী মিংশেল কায়বা)

বিমলা—বিমল! (ফুক হৌগৎপা)

বিমল—মহাক্না ইমাগী মনাক্তা লৈবা য়াবরা ?

বিমলা—বিমল! (চংশিল্লকতুনা বিমলবু ফুবা) অত্তুম হৌনবরা ?

(বিমল মপুক্লিং নুংশিত্নুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পা বিমলানা ফোটো অকায়বা অদু লোয়শিল্লগা টেবীলগী দ্রাবারদা থমজিনবা, বিমলনা কপ্পা উবদা বিমলা মথবাই নুংঙায়দ্রকরতুনা বিমলগী মনাকতা চংশিল্লকতুনা চৌক্রীদা কপ্পা)

বিমল, ইমাগী ইবুঙো অতুম হৌনবরা। নংনা ফোটো অসি থমনিংঙ্গগস্ ইমাদা থমগন্ হায়রগা লোয়রে। পোৎ-চৈবু অতুম্না লংখায়বা হৌনবরা ?

বিমল—লংখায়গনি—থুগায়গনি।

বিমলা—ইয়া অঙাওবসিদি। পড়া পারো কদায় ইংলিশ -থংদে হায়বতুদি ?

বিমল—(লাইরিক ফাকতোকতুনা শাওরংননা) অসিনি।

বিমলা—থংদা থংদবদো হংঙকউ তাকপিগে পারো পারো। (চেয়ারদা ফম্নগা মোজা লোনবা)

বিমল—ইমা, An Ant, হায়বসি অর্থ করিনো ? (বদে চংলকই)

বিমলা—An Ant হায়বদি কক্চেং অমা হায়বনি।

বিমল--An Ant কক্চেং অমা। অতুগা ইমা খোইঙাংদি করি হায়গনি ?

বিমলা—খোইঙাং ! মতুদি ইমাদি থংদেবো স্কুলদা হোরেল নখোয়গী ওঝাদা হংঙু। (বদেনা নোকচবা)

বদে—ইবেম্মা।

বিমলা—করি হায়গে তা-বদে ?

বদে—নিপা অহল অমা ইবেম্মবু উননিংঙি হায় ?

বিমলা—কদায়দা লৈহৌই ?

বদে—মাঙ্গোলদা।

বিমলা—ঐ অঙাং লাইরিক তাকপিরি। ইমুংদা চংহল্লকউ। বিমল, লাইরিক পারো।

বদে — ফনি। (থোকখিবা)

বিমলা — বিমল, কৈদৌরবগে পারো হায়বনি।

(বিমল মপাল্লোমদা য়েংলুরগা ফুক হোৎগৎতুনা কা অমরোমদা চংখিবা—বদেনা মাং থারদুনা ললিত চংলকই; বিমলাদি হন্না তুনা য়েংদনা মোজা লোল্লি; ললিতনা ইমুং মনুংগী লৈতেং অত্থ কোয়েং য়েংলি)

বদে ইবেম্মা লাকএ।

বিমলা - (মোজা লোন্না লোন্না) ফিদা অমা পাবিরম্মু।

বদে—(মোড' অমা থারগা) অসিদা ফম্বীয়ু খুড়া।

ললিত — কনি ফনি ইবুঙো। (ফম্বা; বদে চৎখরে)

বিমলা—(মোজা লোন্না লোন্না)

হায়, তাবদে হিদাক ঙাঙ্কক অমত্তং হাল্লকউদনা।—করি তাকপিগদবা ?

(বিমলানা য়েংখৎলকপা—মপুৎওগী মোজা লোল্লিবত্থ থম্লগা—ইল্লিবা ফি-তুনা মকোক খুমত্থনা হৌগৎলগা—চংশিল্লক্লুনা খুরম্বা)

ঐদি অতোপ্পা কনাগুম্বা...... .

ললিত — মত্থগীদমক্তা ঐ করিমত্তা থনদে।

বিমলা — করি থবক্কী...... ?

ললিত—ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা রা থরদং হায়নিংতুনা লাকপনি।

বিমলা — তাকপিয়ু।

ললিত—ঐগী রা কোননা হায়গে। নত্তে, বিমলদি ?

বিমলা—(হন্না য়েংবা—বিমল লৈরমদবা)

হৌজিক্তা লাইরিক তৌরম্বনি। কদায়দা চৎখরে! বিমল! ইবুঙো! হায় নংবু কদায়দা লৈবগে ইথৌ লাক্লিনে।

লাওনে—বিমল ; ইবুঙো ।

বিমল—(মন্নুংদগী) করিনো—ঐ অসিদা লৈএ।

বিমলা—হায়, ইধৌ লাক্লিনে - ল্লাওনে।

বিমল—(মন্নুংদগী) ঙম্মোই কৈগু—ইধৌনা ফুগনি।

ললিত—(বাখল অমদগী মপুক্লিং নুংশিন্নকপগা লোইননা খোনক্ষম কায়না)

লাওনে—বিমল, ইধৌনা নংবু ফুররোয়।

বিমল—(মন্নুংদগী) নতাৎ তৌবিবনি।

ললিত—লাও—ইধৌনা নংগী মিঠাই পুরক্লি।

বিমল—(মন্নুংদগী) নং চৎখরে।।

বিমলা—ইয়া, ইধৌদা অহুম্না হায়বা হৌনবরা ?

ললিত—বিমলা, পুন্নমক ঐগী ইবাল্নি। ইশাগী ওইজবা কান্নবা থর থিরুবদগী মতম অমদা ঐনা নখোয়গী নক্ষমদা শা-ঙাগী লিচৎ চৎখরে। অহুনা পিক্লিবা ইগু বিমল অসে মপু-শা ঐগী ইনাক্তা চংঙকপা কাওবা কিরে। নহাক-ইকুবু ল্লারৌগন্নু। ঙসি ঐনা লাক্লিবসে ইগু অমম্নুং নংগী নক্ষমদা লানখিবা ওৎনৈখিবদো মতুগী ইরাল চুমথোক্কে লাক্লিব ন

বিমলা—নত্তে--নত্তে—অহুম্না ভার্কপিগদবা নত্তে -- শিত্রিবা কাওবা —পাবুংনা ঐখোয়বু চৈ থাংবিগদবনি ল্লারকপিগদবনি।

(মতম অসিদা বদেনা বিমলবু পমহুনা পুথোরকই। বিমলনা চৎলোইদবগী ফ্রিং ফ্রিং চোংঙি)

বদে—কনাবু কিরিবনো থং.দ—উপু মরুমদা লোৎতুনা লৈবন্মী।

বিমলা—হায়—অঙাওবা। (বিমলগী মখুদাং পায়হুনা চিশিল্লকপা।)

ইথৌনা নংগী মিঠাই পূরক্লিনে।

বদে—(ইঙক ঙক্লা) ইথৌ! (ললিততা য়েংবা)

ললিত—লাওনে বিমল, ইথৌগী নাক্তা চংঙকউ। নংবু মতম অমদা ইথৌনা ফু-চৈথিরম্মী—অদুবু ঙসিদি নংবু পেন্না অমুক্তা কোনগে—অমুক্তা চুপকে। মতম অমদা নমা নচাগী মফমদা ঐনা ওৎ-নৈথিবদুগী নিঙমদবা মৈশানা চাক্লবা ইথৌগী থম্মোই অসে নংবু অমুক্তা চেৎনা কোনজরগা ইংবরা য়েংগে লাও-ইথৌগী নাক্তা চংঙকউ লাও।

(ফুরিৎ থাওদগী মিঠাই লোথোকপা হোৎনবা)

বিমলা—লাও—ইথৌন। করিনু ফুরোইএ মিঠাই চাক্লচো;

(বিমলবু ললিততা শিন্নবা)

ললিত—বিমল! (বিমলবু চেৎনা কোনবা)

ইথৌদি লাইরবনিনা অহাওবদি পুরকপা ঙমদ্রে-মিঠাই চাওশে—(বিমলগী ময়াদা মিঠাই ইনবা)

বিমলা—তা-বদে—পাবুংগী চা-কপ অমত্তা......।

বদে—ফনি—(চৎখিবা)

ললিত—চৎলো-চৎলো-শানজরুরো। (বিমলবু থাদোকপা) বিমলা! ইকুনা নঙোম্দা হায়গে লাকপদি অসিনি—ইকুগী হৌক্তিক লৈরিবা সম্পত্তি অসিগী শরুক অহম থোকপগী শরুক অনিদি লৈথিরবা ঐগী ইয়াম্বা নকু অদুগীনি। তাও বিমলা, ইকুনা নং অমদি ইশুগী মাংননবা শিন্নুবদি লৈরিবা সম্পত্তি পূন্নমক অসি ননাওনিপা প্রকাশগী ওইহনগে হায়না ইকুনা থম্লুরে। অদুবু অপাম্ব মীহৌবগী

যুখলনা কুপ্লম্বা ইকুগী অরানবা রাখল অদো ঙসি ননাও-নিপা প্রকাশনা চুমথোকলে—অহুনা…… ।

(ফুরিৎখাওদগী পটানচিংবা চে লোথোক্লগা)

শে—অসি লৌশিল্লো।

বিমলা—(ঙক্লা) করি…… ।

ললিত-নং অমদি ইশুনা ফংকম ং:োকপা সম্পত্তিগী পাটানচিংবা চে-স্নুংনি। লৌশিল্লু কোর্টতা চৎলগা নংগী মিংদা নামা ওম্থোক্লব তৌরু। অদুগা বিমলা, ইকুনা হায়নিংবাদ নহান-মথৈ ঐনা শাগী লিচৎ চৎতুনা নখোয়দা ঙৎ-নৈথিবত্তুগী ইরাল অহু নংনা ঙাকপিত্রবদি অহল ওইরবা নকু ঐ অসি হিংলিঙৈদসু পুক্লিং লৈতাবা য়ারোইদোরি শিবগসু স্বর্গদা চংজকম লৈরোইদোরি হায়য়ু নংনা ইকুগী ইরাল ঙাকপি-রেদনা…… ?

বিমলা—নত্তে—নত্তে—অহুগুম্বা রাখল থনবিগনু। পাবুংনা ঐখোয়দা করিগুম্বা অরানবা অমত্তা চৎপিখিদে।

ললিত—বিমলা।

বিমলা—মমা-মপা ওইবনা মচাগীদমক্তা অক-মুঙাই রাখলদা লুপ্পদি হৌনশানি। অহুবো করম্না অরানবাশিংদা চনগদগে ?

ললিত—নত্তে—নত্তে—বিমলা অহুগুম্বা রাঙাং তাহন্দুনা ইকুবু অমুক ইকায়বা পিরগনু। শে—ইকু চৎলগে—চে-স্নুং অসি লৌশিল্লু।

বিমলা—নত্তে—নত্তে—মদো থম্বীরমগনু। ঐ অমদি বিমলগী-দমক্তা করিমত্তা থনবিরুগনু। মদো ইনাওনিপা প্রকাশকী-দমক্তা থমজিনবিরো।

ললিত বিমলা, নহাক ইকুবু শাওরিবরনে ?

বিমলা- অতগুম্বা য়াহং হংবিগনু। ঐগী পুকচেলদি পাবুংনা খংবিরবনি মদো থম্বীরমগনু। প্রকাশকীদমক্তা থম্বীয়ু

ললিত মদো ননাওনিপান' য়াগদবা লৈতে—।

বিমলা—ঐনসু হায়গনি। অতুগীসু মথক্তা চে-হুং অতু ঐঙোন্দা শিন্নবীরমত্রবসু পাবুংনা অতুম থমজিনৃবীবদি করি অকাইবা লৈবগে ? ঐগী য়াথলদা করিমতা লৈজদে। ঐগীদি পুক্লিং শেংন হায়জব'ন চে-হুং অতু থম্বীরমগনু—।

ললিত—বিমলা—।

বিমলা—মতুগীদমক্তা ঐনা পুক্লিদা মিকুপ অমা ফাওবা থনজগদবা লৈতে। ঐনা হায়জগদবদি মরাইবক থিবা ইচা অসে মতম পুম্বদা কাওবিদবা পাবুংগী ঈ-নি হায়বসি নিংশিংবিবা —মসিতনি ঐনা পাবুংদা নিজগদবা।

ললিত—বিমলা, ঙসি ইকুনা তশেংনা খংলে, অসিগুম্বা নংগী পুকচেল – নংগী থম্মোই জগৎতা অতাংবনি—। ইকু হল্লগে।

বিমলা—ফনি—লেংবিরো। (থুরম্বা)

ললিত—বিমল, ইধৌ চৎলগে। (বিমলগী মকোক নানবীয়গা) মরক মরক্তা ইধৌগী নাক্তসু লাকউকো।

(বিমল থুমদবা—য়েংদম য়েংঙি)

বিমলা—লাকনি—-হায়য়ুদনা—।

ললিত—ইকু চৎলে।

বিমলা—ফনি। (ললিত চৎখিবা)

বিমল, পাড়া—ঔরাইরো ইমা তাকপিরগে।

**বিমল**—ইমা!

**বিমলা**—করিনো?

**বিমল**—ইথৌগীদা লৈরিভৈদদি ননাদ। শন।সু য়াল্লমদে—নথুংতা খুজিসু শিরমদে ফি-সু ফজবা শেৎলমদে ফি অঙোবদা শেৎলম্বী। অতুগা অসিদা লৈরগদি ফি-সু মচু-মচু ফজ-ফজবা শেৎলে-- করিগী শেৎলিবনো?

(সুকুমার চংলকপা; মখুংতা শান্ন পোৎ থমসু পান্নবকই)

**বিমলা**—বিমল—!

**বিমল**—অঙইবনি ইমা: নংদি ফজরবনি শেৎলিবা লৈগু পকচদেএ ইথৌগীদা লৈরিভৈদা শেৎপা অঙোবা ফি অতুনা পকচদে হেল্লি। মদো শেৎলুবা।

**বিমলা**—(মথবাই ৺ংভায়তবা ...মমল'

**বিমল**—ইমা, ইংলৈনসু ফুনবোই চৈনরোই—ইথৌগীদ, লৈ ... রশিবা সিদগী চৎলশিব ইম।

**সুকুমার**—বিমল নং অসিদ লৈনি দ্রবরনে?

**বিমল**—লৈনিংদ্রে

**সুকুমার**—করিগীনো?

**বিমল**—নংগা লৈমীন্ননিংদেনে।

**বিমলা**—বিমল।

**সুকুমার**—ঐনা নংগীদমক্তা ফজ ফজবা ফিপোল লৈবিনি-- বার তোংহল্লি য়েংঙু, ঙসিসু নংগীদমক্তা শান্নপোৎ কয়া লৈরক্রু।

ঐবু করিগী সুংশিদ্রিবনো নংনা ? শে… (শান্নপোৎ উৎতুনা) নংগী ঙাক্তনি।

বিমল—(শান্নপোৎশিংচু মখুৎনা কম্থোক্লগা) কৈগু পামদে। (শান্নপোৎ লৈবাকতা তাবা)

বিমলা—বিমল।

সুকুমার—বিমল, নং য়ুমসিদা লৈনিংদ্রবরা ?

বিমল—লৈনিংদে হায়রবমক্তদা।

সুকুমার—ঐনা য়ুমসিদগী চৎথ্রবদি নং লৈনদ্রা ?

বিমল—উম, নং লৈত্রবদি ইমাগী ঐগা সুঙাইনা লৈগনি।

সুকুমার—বিমল, নহাক ঐবু করিনম্তা সুংশিদবরা ?

বিমল—নংবুদি কৈদৌনা সুংশিদৌরিব ? য়েঙোই নংনা সিদা লৈগনি হায়রবদি ঐদি ইংথোগীনাক্তা চৎথ্রগনি।

বিমলা—বিমল!

সুকুমার-(নুংশাশ্বব মপি শাংনা হোল্লগা) বিমলা !

বিমলা—করি ?

সুকুমার—হৌজিক নংগী কাদা কনা লাক্লগী ?

বিমল—নং কৈদৌগেইগে—ঐথোয়গী ইথোনি—নংদি করিগী ইমাগী কাদা লাক্লিবনো—নমাই ইকায়দ্রা ?

বিমলা—(শাওনিংবগা লোয়ননা মফম ইথং থংহৌদনা) বিমল !

(বিমলগী মখাজাইদা থুবাকনা থাবা) চৎলু—থংনবা কা সদা ফম্লগা লাইরিক পারু—। চৎলু।

(বিমল কপ-কপতুনা চৎখিবা; বিমলা শাওনিংগা—কপনিংবা নুংাইতবা বাংলনা লৈফম থংদ্রে)

সুকুমার—করিগীনো বিমলা ?

বিমলা—( কপতুনা ) করিগীনো হায়বা ! মত্ত হংলিবা করিগীনো ?

সুকুমার—মীরোল শুত্রিবা জ্ঞান তাত্রিবা অঙাংনি।

বিমলা—অত্থনি হায়ত্থনস্থ মাগী রাঙাং তাবদা নংগী মাই অত্থ ঐনা য়েংত্থনা লৈবা ঙমদ্রে। মমা ঐনা ফনা হায়জৈ ফনা থেন্মী মহাক্ত নংবু সুংশিবদি লাইরদনা ননাক ফাওবা নকনিংদে ! মসিদদি ঐগী করিস্থ সুংঙাইফম লৈত্রে।

সুকুমার—বিমলা, নংনা মাঙোম্দা ঐ অসি নংগী কনানো হায়বত্থ মশক তাক্লবরা ?

বিমলা—মত্থগী মরমদদি ঐ অসি পুন্সিগী লোন থোক্তবী অমগুম লৈবা তারমালে।

সুকুমার—করিনো হান্নরিবদো ?

বিমলা—মাগী মওং মতৌ অসিদা ঐনা করম্না তাকপা ঙমগনি। ওন্থোকপা লাইবকনি। অঙাং মতিক নংতনা রা ঙাং-থোরকপদদি মাগী রাহে খুদিংমক ঐগী ইকমদদি তাশোলনা থিনবগা চপ মান্নগ্রে। হৌজিক ঐনা অতৈ থনজদরে। ঐনা থনজরিবা হায়ববু মহাক্ত মমা ঐবু সুংশিরিবা অসিগুম্না করম্বা সুমিৎ থাদা মহাক্ত নংবু মপাগুম্ন সুংশিরক্কদগে হায়বা অসিতনি। অত্থবু থাজদ্রে খনবদা রারে।

( বদেনা চা কপ্ অনি পুথোরক্লুনা টেবিলদা থনম্নগা বাথল তোত্থনা চংখিবা )

চা—লৈরে।

সুকুমার—বিমলা।

বিমলা—তাকপিয়ু।

সুকুমার—ঐ অসি নংগী সুংঙাইনবতা ফননবতা থনবা মীশক

অমনি—ঐনা অসিদা নংগী ননাক্তা লৈরগা নংগা নচাগা তোপনা তোপনা লৈহনবদো থোকহনন্নিংদে। নচাগী রাখলনা নংনা মতম পুম্বদা অরাবা রাখলন মাংওইনহুনা চিন্তা পোৎলুম পুহুন' লৈবহু ঐনা য়েংহুনা লৈবা ঙমলোই। অহুনা নংগা বিমলগ' য়ুমসিদা লৈহোরো। ঐহাক য়ুমসিদগী……

বিমল করি হায়বা?

সুকুমার—ফাগী নৎতে—অচুম্বনি।

বিমলা - মহুবু রানি হায়হুনা তাকপিরিবরা? ঐ অসিবু ইশাগী ওইজবতা য়েংবী নিপী অমনি থনবিবরা? চুম্মী মমানা মচা থাদোকপা ঙমদে অহুম ওইনমক ঐগীদমক্তা নহাকপু অহু য়োনা রাহনবা ঙমলোই। মহাক মধোগী মনাক্তা চংগ্রশনু।

সুকুমার—বিমলা।

বিমলা - (কপ্পুনা) ঐনা থল্লম্মী - মহাকপু ইনাকত্তা থল্লগা ঐখোয়গী সুংঙাইবা ওইগদরা হায়না—অহুবু মহাক্না য়ুম-সিদা রানবগী মশক ওইরে। নং-ঐদা তাশোলনা থিনবগা মান্নরবা মাগী রাঙাংশিংহু ঐদি মমানি থাংবা ঙম্মী,—অহুবু ঐনা খংঙি, নংদি থাংবা ঙম্মোই। অহুনা মহাক য়ুমসিদগী চংগ্রশনু।

সুকুমার—বিমল!

বিমলা—অচুম্বনি ইপূকতগী ভাবা ইচা ওইরবসু ঐনা মাবু

অসিদা থম্বা ঙমদে। মরমদি মহাক্না নংবু নুংশিবা ঙমত্রবদি য়ুমসিদা লৈবগী ম্যাগী অধিকার লৈতে

(কপ্তুনা থোকখিবা)

---

**লাইট ওফ**

## ৮-শুবা উৎপা

য়ুম (সুকুমারগী)

মতম নুমিংদাংনি; সুকুমারগী কানি; ফমুং অমা থান্নুনা লৈ; টেবীল চেয়ারসু লৈ; থাংমৈ থান্নি; ফমুংদা ডবল বেরেল নোংমৈ অমসু লৈ; বিমল মথুৎতা ফোটো অমা পায়রন্নুনা মতুংদা লোৎলগা তুং হন্না হন্না য়েংন্নুনা লাকই। অচদগী চেয়ারদা কল্লগা ফোটো অদু চিংনা চিংনা য়েংন্নুনা লৈ; মমিৎতা পিগী ইন্না হৌরকই;

বিমলা—(মন্নুংদগী) বিমল! ইবুঙো নংবু করি তৌরিবগে? লাকও চাক চাররো। লাইরিক তৌগে হায়বসু নিংদে করি তৌরবগে?

(বদে চংলকই)

বদে—বিমল! (বিমলনা ফোটো অদু থবাকতা ফুরিৎ মন্নু'দা লোৎশিন্নি)

বিমল ইমানা লাও চাক চারবো হায়রকই।

বিমল—চানিংব্রে হায়য়ু।

বদে—অহুবু নংবু অসিদা করি ত্তৌরিবনো? চাক চানিংব্রবস্থ ইমাগী ফমুংদা চংহুনা তুম্মুরো থেংখরে।

(ফমুংদা লৈরিবা নো'মৈ অহ্ লৌরগা ফকলাংদা থেৎচিনগে তৌবদা)

বিমল—খুড়া!

বদে—ক'রিনে?

বিমল—(বদেগী নাক্তা চংশিল্লক্লগা) মসিনা কাপ্লবদি শা-শস শিবরা।

বদে—মসিগী গুলি অসিনা পাল্লবদি শমু কাওবা শিগদবর্দি।

বিমল—মীদি—শিগদরা?

বদে—শিদব'দ।

বিমল—কদায়দা কাপ্পী? (নোংমৈ পায়গে তৌবা।

বদে—হায়—হায়—পায়গহু। গুলি য়াওরমগনি। (তিংখল অহু উৎতুনা) মসি হেক চিংবদা গুলি থোরক্কদবনি। অহুগা কাপ্পনা অসুম্না কাপকদবনি। (নোংমৈ কাম্নগী মওং তাকপা) নং হৈনিংবরনে?

বিমল—হৈনিংঙিবু। অমুক্তা তাকপিয়ুবা।

বদে—শে-শে (বিমলবু নোংমৈ পায়হল্লগা তাকপিবা)

অসুম্না কাপকদবনি—থংঙবরা?

বিমল—থংঙনি।

বদে—অহুদি থমজিনথ্রগে।

(নোংমৈহু ফকলাংদা থেৎচিনবা) লাও--লাও তুম্মরো। (চৎখিবা)

(বিমল চেয়ারদা অমুক ফম্নগা কোটো অমুক পুথোক্তুনা য়েংবা

তুমনিংবগী মওংদা হাকাম চনবা ফোটো য়েংনা-য়েংনা টেবীলদা মকোক ঙাথদুনা তুমথখিব'—মতম অসিদা বিমলবু কৌর কৌরদুনা বিমলা চংঙকই)

বিমলা—(বিমলনা তুম্বদু উদুনা চংশিল্লক্তুনা বিমলগী মকোকতা মখুৎনা নাল্লগা) বিমল, ইবুঙো! (ফোটো অদু উবা)

(বিমলসু মমিৎ শিংদুনা মমাই হায়গৎলকপা অদুদগী য়াম্না থুনা ফোটো অদু লৌশিনগে তৌবদা বিমলানা ফোটো অদু লৌখৎপা।)

ওকতগী বিমলাগী রাথলঃ—লৈখিদ্রবা মপ গী ফোটো অসি লৈবদগী মপাবু কাওবা ঙমদদুনা মহাক্না হায়রবা পুন্নমক ইন্দবা ওইব! তারে। অদুদি ঐনা হৌজিক করি তৌগনি। মসিনা হৌজিক ঐবু অরাবা পিবা, হৌখিবা পুন্সিবু নিংশিংহন্দুনা থবক খুদিংমক্তা অপনবা পিবা নৎতনা ওইররোই। অদুদি মসি মাংহনখরোদনা।

বিমলা—চুম্মী মসিবু ঐনা মাংহনগনি, ঐনা শেগায়গনি।

বিমল—ইম।!

বিমলা—খন্দরোই নিংশিংনবা খুদম খন্দরোই!

(ফোটো শেগায়রবা; মতু উবদা বিমলনা মথবাই শোক্না হিক্না হিক্না কপ্পা; বিমলাগী পিনা থল্লবা মমিৎ অনি অদুনা বিমলদা য়েংঙকই)

বিমল—(কপ্পা কপ্পা) ইমা, অদুমতা ঙাইরবা পাবুংগী ফোটো অদু শেগায়রিবা করিগীনো? হায়য়ু ইমা—ফোটো অদুনা নঙোন্দা করি তৌররে?

বিমলা—(থম্মোই কাইনা কপ্তুনা) বিমল!

(মচাবু চেৎনা কোল্লি) মসি নৎতনা ইমাগী পাম্বৈ লৈত্রে।

খংঙু বিমল, ইমানা নংগী লৈখিদ্রবা পাবুংগী ফোটো অসি শেগায়বদা ইমাগী থম্মোই অসে কাইরিবনিনে। অত্থু নংগীদমক্তা, ইচা নংবু মী ওইনবা শেম্বা ঙম্মনবগী দমক্তা ঙসি ঐনা মসিবু মাংহল্লবনি—নং ইমাবু শাওগমুকো।

বিবল -(কপ্পুনা) ইমা, নং য়াম্না ফৎতে নং য়াম্না ফৎতে।

(মতম অসিদা সুকুমার চংলকই চপ্ লেপ্পুনা য়েংদুনা লৈ)

বিমলা—চুম্মী নমা ঐ অসে য়াম্না ফৎত্রবীনি। ফৎতবা মিংথোল ফংলবিনি। অত্থু নংগীদমক্তা খনবদা ইমানা ইশাগী অক-ফত্ত রাখল তুংওইনরবনিনে।

সুকুমার—কৈদৌরবগে ? (বিমলা খুম্ফম খংদবা)

(সুকুমারনা ফোটো শেগাইবদু উদুনা)

কনাগী ফোটোনো শেগায়ত্তনা তারিবসিদি ?

(বিমলা খুম্বা ঙমদবা)

বিমল—ঐবু পোক্লম্বা পাবুংগীনি;—নথৌ করি লৈ ?

বিমলা (মফম ইথং খংদনা) বিমল !

(মচাবু চিংদুনা পুখিবা)

(সুকুমার রাখলনা নুংবংনদুনা মথবাই য়াম্না নুংঙায়তনা ফমুংদা চংদুনা মখোং য়াম্থনা হিপ্পী—চুরুট লৌথোক্‌না থকই; বদে চংলকই)

বদে—বাবু ! (সুকুমার খুমদে) বাবু !

সুকুমার— করিনো ? (হাকাম চল্লি)

বদে—ইবেম্মনা চাক চারশি হায়রকুই।

সুকুমার—ঐ চাক চাররোই হায়য়ু।

বদে—ফনি। (চংখিবা)

(সুকুমার রাখল খন্না-খন্না তুমখখরে মখুৎতগী চুরুট লৈবাক্তা তাখরে। বিমল—তুং—মাং য়েংল—য়েংলদুনা চংঙক্লগা—সুকুমারবু মুন্না য়েংঙি; তপ্না চৌক্রি থাংজিন্দুনা চৌক্রিদা কাখৎলগা ফকলাংদগী নোংমৈ লোথোক্লগা সুকুমারগী মনাক্তা চংশিল্লকই; সুকুমারবু য়েংল-য়েংলদুনা চংঙকপদা টেবীলদা থেংজিনবা। সুকুমার ফুক হৌগৎলকপা; সুকুমারনা বিমলবু শংত্রিক য়েংবা; বিমল অঙাংগী হৌনবা কিবোই-করিবোই নোংমৈ পায়রগা চেনগে ভৌবদা সুকুমারনা ফারগা নোংমৈ মুনবা। অদুদগী বিমল সুকুমারবু য়েংলগা অঙাংগী হৌনবা হিক্লা হিক্লা কপ্পী; মতম অসিদা বিমলা চংলকই। মতৌ অদু উবদা শেরান্নাবা রাখল খন্দুনা কৈ অমোমগী মতৌগুম চংশিল্লক্লুনা সুকুমারগা বিমলগগী কারকতা লেপ্লগা বিমলবু মথাদা চেৎনা কোল্লগা থম্মোই শোক্লা শাওনিংবগা কপ্পগা য়াম্লদুনা সুকুমারদা য়েংলগা হায়রকই)

বিমলা—নহাকপু ঐনা পুকচেল চাওবনি হায়না খঃম্বদি অরানবা রাখল ওইরম্লে। নহাক্কী মা মতুংইন্না ঐনা ইচা অসিবু য়ুম অসিদা পুরক্লুনা থমখিবা নৎত্রা? নংনা মহাকপু লৈহননিংদ্রে হায়রগসু মথোগী মনাক্তা মরায়না লৈজরুগনিনা। করিগী ইচাগী মথরাই লৌগে হোৎনরিবনো?

সুকুমার—(শাওনা) বিমলা!

বিমলা—পিকপ্রবা অঙাং অসিগী মথরাই লৌরগা নংগী করি অপেনবনো? অদুক পুকচেল পিকপা অমা ওইদ্রবসু, চৎলো—লৈরদু হায়রগা ইচা অসি মরাইনা চৎচখিনিনা।

সুকুমার—(শাওবনা লুতোল শাংখিদুনা) বিমলা!

(বিমলাগী মখজাইদা থুপাক্লা ওননা-ওননা থাবা)
(অশাওবা ফাঙ্জিল্লগ)'

বিমলা, নংন ঐবু অত্থুন্না খনবা! নংদি ঐগী পুকচেল থংলিবনি। করিমন্না ঝাহং-পাওহংদনা নংনা ঐবু অত্থক থিনা ঙাংলিবা করিগীনো? তাও, নংগী নচানা নোংমৈ পায়থুনা ঐধু......... ।

বিমলা - করি হায়বা... .?

সুকুমার—অচুম্বনি নংনা নিংলিবদো।

বিমলা—ও! অত্থুদি ঐগী রাখল লানথ্রেদনা। নাগীদমক্তা অসি য়োনা ইকায়বা নংবা! অসি য়োনা রাবা! (শাওবা অমসুং কপনিংবগা লোয়নন) বিনস, নংনা ঐবু অসি য়োনা রাহল্লি-বসি করিগীনো? নংগীদমক্তা ঐনা রারিবসি নং থংদ্রবরা? পিকপ্রবা অঙাং নংনা অত্থু য়োনা ঙমলিবা করিগীনো? নং অসিদা লৈত্রগা ঐগী শান্তি ওইরগদবনি।

(সুকুমারগী মখুৎতগী নোংমৈ মুনগে তৌবা)

সুকুমার - বিমলা! (নোংমৈ মুন্নবা)

বিমলা - নত্তে - মহাক অসি থমন্থুনা ঐবু অমুক রাহল্লরোই। মীনা মচা হাৎপী হায়গে হায়রবসু হায়রশনু। মহাক অসিবু হাৎতোক্লগা ঐসু শিজখ্রগে। ঐ মহাক্না লোয়ননা সংসারসিদা হিংনিংদ্রে।

সুকুমার - বিমলা!

(নাংমৈ মুন্নবদা শোয়খিত্থুনা নোংমৈ গুলিনা বিমলাদা পানবা —বিমলা তুথখিবা)

বিমলা! (বিমলাবু কোনখৎপা)

বিমল- ইমা ! (কপ্তুনা মমাগী মনাক্তা চংশিল্লকপা)

বিমলা—বিমল, করিগী কপলি - কপকনু। ঙসিদগী ইমাগী অল্লাবা কোল্লগদবনি।

বিমল—ইমা ! (কপ্পা ; বদে চংলকই)

সুকুমার—বদে !

বদে—বাবু—

সুকুমার—ডাক্তর খানাদা কোন তৌখো। মী অমা নোংমৈনা পাল্লে হায়খো। মখোয়গী এম্বুলেন্স অত্থু থুনা থাবিরকউ হায়খো।

বদে—ফনি। (চৎখিবা)

বিমলা—পুকচেল চাওবা, নহাক্না ঐগীদমক্তা অল্লাবা শরুক য়াবা ওকলে। মীওইবগী জ্ঞান লৈরিঙৈ ঐগী ইথৌ লোইরম্মগে। চে-গা কলমগা অমুক্তা পিয়ু ঙসিগী থৌদোক অসিগী মরমদা শেংদোক্লমগে।

সুকুমার—করি শেংদোকপা...... ।

বিমলা—ঙসিগী থৌদোক অসিগী মরমদা নংগী নাকোং ল্লাই চিন্দনবা ইথুৎনা শোয় তৌরগা ল্লাহে ৫/১০ দং ইরমগে। কদায় - পিয়ু। চে-গা-কলমগা !

(সুকুমারনা চে-গা কলমগা পিবা)

সুকুমার—শে—লৈরে।

বিমলা—কদায়।

(য়াম্না খানা সুকুমারদা ঙাখতুনা লাইখ্রিক ইবা—মথুৎতগী কলম তাথিবা)

সুকুমার – বিমলা !

বিমলা – (সুকুমারবু চিংনা য়েংলগা—য়াম্না বানা বিমলগী খুজেং পায়রগা—বাহৈ মতৎ মতৎ ওইনা)

পুকচেল চাওবা, নংগী লমন তোল্লবনি ঐহাক। মতিক চানবী নিপী অমা ওইবনা পুন্সিদা মিংকুপ অমা ফাওবা নংবু নোকহল্লম্বা ঙমদ্রে - ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ুকো।

সুকুমার – বিমলা –

বিমলা – (য়াম্না বানা) মরায়বকথিরবা ইচা অসে ঙসি নঙোন্দা শিন্নজরম্লবনি।

সুকুমার – বিমলা !

বিমলা—(য়াম্না বানা) ঐগী য়েংহনা মাবু হুংশিবিয়ুকো।

(য়াম্না বানা বিমলগী মখজাই পায়গে হায়রহনা মখুৎ থাংগৎলম্লগা বা ঙাংবা ঙমদনা শিখরে)

সুকুমার—বিমলা ! (কপ্লী)

বিমলা (কপ্তুনা মমাবু কোল্লগা) ইমা ! ইমা !

সুকুমার – (বিমলাগী মকোক অহু মথাদা চেৎনা কোল্লগা)

বিমলা, ঙসি ফংলবা থাঙমদ্রবা মৈচাক অসিগীদমক্তরা ঐনা নংগীদমক্তা পুন্নমক কৎথোকলুবদি—।

বিমলা—(কপ্তুনা) ইমা –,

সুকুমার—(বিমলগী মকোক অহু নৈপাক্তা তপ্না থম্লগা—হৌগৎলকতুনা বিমলগী, খুজেং পায়রগা)

বিমল, ইমাবু খুরম্মু।

(বিমলবু মমাগী মখোং পায়হনা খুরমহনবা)

---

লাইট অফ

# ১শুবা উৎপা

## য়ুম (সুকুমারগী)

বিমলাগী কানি; ইমুং মনুংগী লৈতেং ফমুং ফানুং চপ-চানা লৈ; মতম মুমিদাং অথেংবনি। ফকলাংদা নেমলপনা বিমলাগী চাওরবা কোটো অমা থেংলি—ফোটোদা লৈ পরেংনা লৈতেংলি; বদেনা খুৎ শমদুনা বিমল চিংলকই;)

বদে—থেংথরে—তুম্মরো! ঐ ফৈজুপকা শেমজিনবিরমগে।

(বিমলবু ফমুংদা কাখৎহল্লি—ফৈজুপ শেম্বা শেম্বীমা)

করিসু কিরুসু—খুড়ানা নংবু শংগনি। তুম্মো—তুম্মো।

(চৎখিবা)

(বদে চৎখ্রবা তুংদা বিমলনা ফমুংদগী হৌগৎলক্লগা মমাগী কোটো মনাক্তা চংঙক্লগা মমাবু চিংনা য়েংলগা ফোটোদা ভাথদুনা হিক্না হিক্না কপ্পী মতম অসিদা সুকুমার চংলক্না তুম্মান্না মতৌ অদু য়েংদুনা লৈ—সুকুমার মমিৎতগী মপি শিন্নরকই)

বিমল—(কপ্‌না) ইমা! ইমা! নং কদায়দনো? হায়য়ু ইমা, নং কৈদৌঙৈ লাক্কনি। হায়য়ুনে ইমা!

(সুকুমারনা বিমলবু কোগে তৌই, কোবা ঙমদে। চংশিল্লক্কে তৌই—চংশিনবা ঙমদে। সুকুমার চৎখরে। বিমলদি মমাগী কোটো কোন্দুনা কপলি; ঙহাক লৈরগা বদে চংলকই)

বদে—(বিমলগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা বিমলগী মকোকতা থৎনা নান্দুনা)

বিমল, ইমাদি সংসারসিদা লৈত্রবনি। কপকনু য়েংঙোই,

ঐস্মু নংস্মু নোংমা মৎত্রগা নোংমদি ইমাগুমা সংসারসিদগী চৎখিগদবা ভাক্তনি (মণি তৈথোকপিবা) লাও থেংথরে তুম্মরো ইমা লৈত্রবস্মু নংগীদমক্তা ঐ লৈ ঐখোয়গী উকিলবাবু লৈরি—করিমত্তা য়ারুগনু লাও তুম্মরো।
(বিমলগী খুজেং পাইদুনা চিংশিন্দুনা হিপহনবা হৈজুপ শেম্বীবা)
তুম্মো তুম্মোকো—! (চৎখিবা)

মতম অসিদা অথাপ্পদা হুই কপ্পকপা লমহুই খোংঙকপা থবাই-লাকপী উচেক খোংঙকপা; বিমল কিদুনা হৌগৎতুনা ফমুং ময়ায়দা ফম্বা, মতম অসিদা সুকুমার চংলকই। হুইনা তোইনা তোইনা কপ্পকপদা বিমল কিরদুনা ফমুংদগী চোংথরকতুনা মমাগী ফোথোদা কোপ্পগা)

বিমল—ইমা, নং কদায়দা লৈবগে? ঐ য়াম্না কিরে ইমা! ইমা! (কপ্পা)

(সুকুমার বিমলগী মনাক্তা চংঙক্লুনা)

সুকুমার—বিমল, করিগী কিরিবনো? লাও তুমলরো। অথাপ্পদা হুই-য়েন খোংজবনি করিস্মু কিরুনু চংলো তুম্মুরো।
(বিমল সুকুমারদা য়েংলম্লগা ফমুংদা চংদুনা তিম্খরে। সুকুমার না চংঙক্লুনা হৈজুপ চিংথৎপিরগা) তুম্মো তুম্মো।

(মতম অসিদা থবাই-লাকপী উচেক খোংঙকই। লমহুই খোংঙকই—হুইনা কপ্পকই; সুকুমারনা হৈজুপ শেম্বীরম্লগা চৎকে হায়দুনা খোংকাপ ২/৩ দং থাংবদা বিমল ফমুংদগী কুমথরক্লুনা তপ্পা চংঙক্লগা সুকুমারগী ফুরিৎ-ফিজিদা পায়রবা—সুকুমারনা হন্না য়েংঙকপা)

বিমল ইমাস্মু লৈত্রে—অহিং নোংশোৎবা অসি ইতোমত্তা

লৈগব্রা? নংস্তু ঐবু থাদোক্লগদরা?

(খংহৌদনা সুকুমারগী মমিৎতা হয়াওবা কপনিংবা—সুংনাংব—সুংশিবা পুল্লপ পুনথরে)

সুকুমার—বিমল! (বিমলবু থান্না চেৎনা কোল্লি) বিমল, অহিং অসিগী দমক্তা নংতে; পুন্সি চুপ্পা নংবু ঐনা শংগনি। নংবু ইচা ওইজবা ফংক্রবস্তু ঐবু নংনা নপা অমনি হায়না থনবা ঙমদ্রবস্তু নংগীদমক্তদি ঐ অসি পুন্সিসিমগী "মণী-মপা" ওইনা লৈরগদবনি মসে—ঐগী ভৌফম থোকপা ইথৌনি বিমল—।

(বিমলবু চেজেৎ কোনবা)

(যবনিকা তপ্পা তপ্পা হায়জিল্লকই)

---



সমাপ্ত